

# ফাদোক অমসী শৈরেং

বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেম

# ফাদোক: মমাংগী শৈরেং:

বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেম



পি. এস. পব্লিকেসন্স, মণিপুর
অমসুং
সনা পব্লিকেসন্স, ইম্ফাল

**PHADOK AMAGI SHEIRENG**

*a collection of Manipuri Poems*

by BIRENDRAJIT NAOREM

অহানবা ফোঙবা : ফেব্রুৱারি, ১৯৯৫

কোপী মশীং : ১০০০

অফোঙবা : পি, এস, পব্লিকেসন্স, মণিপুর

অমস্তুং

সনা পব্লিকেসন্স, ইম্ফাল

যংফম থোকপা : পি, এস, পব্লিকেসন্স, মণিপুর

মখুম : রাজকুমার জয়

মমল : লুপা ১৫/-

লুপা ৩৫/- ( লাইব্রেরী )

নম্ফম : পি, এস, প্রিন্টিং এণ্ড ষ্টেসনরী

সগোলবন্দ মোইরাং লৈরক, ইম্ফাল

মখুম নম্ফম : লিওপিকা

*"Ask not what country can give you ?*
*But ask what can you give for the country."*

**- President Kennedy.**

# ৱাহৈ খরদং

বীরেন্দ্রজিৎ নাওরেম (১৯৫৯— ) কবি অমসুং ৱারীমচা ইবনি। মহাক্কী হান্না ফোঙথবা লাইরিকশিংদি মখাগী অসিনি : 'অওনবা' (ৱারীমচা, ১৯৮৮) ; 'সিবু হৌনবিত্রা ইমা' ( শৈরেং, ১৯৯১ ) ; 'অমম্বদসু অঙানবদসু' (ৱারীমচা, ১৯৯২ )। 'ফাদোক অমগী শৈরেং' হায়বা হন্দক পুথোকলিবা অসিনা মহাক্কী অনীশুবা শৈরেং লাইরিক্নি। সাহিত্যগী সংস্থান কযাগী থৌপুবা ওই ; চেযোং-শিংদা মহাক্না ইবা ৱারীমচা, শৈরেং, নৈনবা ৱারেংনচিংবা হাপই ; চেফোংগী ইদিতরসু ওই। অহানবা শৈরেং লাইরিক্তা যাওরিবা কবিতাশিং তযাম্বনা তেল্লি ; পরেং ৩/৩, ৫/৫, ৮/৮, ১২/১২ না শাগৎপা শৈরেংনা তযাম্বনি। তমথিববা অরাবনা থল্লবা মতম অমদা মীওইবশিংনা পেক্লকখি মনীংতম্না। অদুবু পুন্সিগী খোঙচত্তা অফা-অপুন কযানা মশাগী মনীংতম্ববু মাঙহন্না হৌরকই। অদুনা তইরনা সিবু হৌনবিত্রা ইমা হায়দুনা মিপাইদুনা হায়রকই। অসিগুম্বা লুংশিনবা যাওদ্রবা, হিংমিন্নবগী অর্থ চেন্দ্রবা সমাজ অসিবু কনবা পাম্বগী ৱাখল ফোঙদাবকই। অহানবা শৈরেংশিং অসিনা শাফু কন্না তথ ফোঙদোক্লবা হোৎনরকখি। হন্দক্কী ফাদোক অমগী শৈরেং হায়বা লাইরিক অসিদা শৈরেং নিফুতরুক য়াওই। কবিতাশিং অসি ইং ১৯৯০ গী মার্চ থাদগী ইং ১৯৯৪ গী আগষ্ট থা ফাওবদা ইখিবা ওঁাকনি। শৈরেংশিং অসি শরুক অহুম থোক্লা খায়দোকলি। অহানবা শৈরেং ১৩ দা হৌজিক হৌজিক্কী তং তাদ্রবা পুন্সি, মীওইবগী নীংতম্বা মাঙশীল্লকলিবা,

সমাজ অমসুং মী-ওইবগী মবাইচায়থবক্রিবা, মবৈদাকপু মুংশিবগী হীবনশিংদা কবিগী পুক্নিং উৎপা থেংনগনি। অমাস্লবদা, মথং শৈরেং ১৩দা অইবনা প্রকৃতি অমসুং মীওইবগী মরমদা রাখল বয়া অমা ফোংদোকই। অহুমস্লবদা, লেমহৌরিবা শৈরেংশিংদা তৌজিন্বী পুক্নিংগী মরমদা সেতাযাবগা লোয়ননা কবিগী রিএক্সন শীবা থেংনগনি।

অনৌবা সেন্সিবিলিতিদা শাগংখিবা শৈরেংগী কল্লবা ঈহৌ অমা শতাব্দী অসিগী ৬০গী লোইবমদাই অমসুং ৭০দা মণিপুরী সাহিত্যদা লাক্খি। সেন্সিবিলিতি অসিগী প্রভাব শৈরেংদতা নত্তনা অতৈ কলাশিংদসু তাখি। অহোংবা কযানা পুক্কপা মোর্দন সেন্সিবিলিতিনা মণিপুরদসু হান্না হকনবা কন্সানেস যাংগনদা কবিশিংদা প্রভাব পীদুনা মণিপুরী কবিতাগী আধুনিকতা পুরক্খি। মখোয় পন্নমক আধুনিকতাগী মান্নবা লম্বেল অমদা চংখিবদি নত্তে। মখোয অমমম্না আধুনিকতাগী চরিত্র খর খর যোঙদোক্লকপনা মপনদা ঈহৌ অমা ওইনখিবতনি। মুংযাও অমসুং মফোংদোক্লা মশা মশাগী খেল্লবা লৈখিদবা নত্তে। শ্রীবীরেননা মহাক্কী কবিতাদা মেনিফেষ্টো অমগা লোয়ননা থুগাইদনা অমসুং শাগৎপগী লোইবা নাইদ্রবা লম্বেলদা অনৌবা ঈদিয়মদা ইবক্খি। লাইশ্রম সমরেন্দ্রনা পবমপবাগী খুংই থাদাক্লুনা মশাগী তোপ তোপ্পা সজেষ্টিভনেশ অমসুং নেতাযাব যাওবা শাবুকনবা অনৌবা মওংগী শৈরেং ইবক্খি। থাংজম ইবোপীশকনা মীওইবগী দশাবু ইকোক কোকপা লোন্দা অশেংবা থম্মোয পাউদমদা সমাজগী অমোৎ অনৈগা চানববা ইমেজরিদা ফোঙদোক্লকখি। অমুক নীলকান্তগী শৈরেংনা শোম্বাংনবা

অতুমনদি ওইবগা লিরিকেল ওইবা স্বরদা অমম্বগী মরক্তা মঙানবু থিবগী খোঙম্বংদা চঙলকখি। অমবোমদনা য়ুমলেম্বম ইবোমচানা য়াম্না গতি লৈজদবা মওংদা মুংগী লম্বেলদা চঙতুনা হেন্না ফবা সমাজ অমা থিবগী ঈখৌলাংবা অমা অথোংপা ইদিয়মদা উৎলকখি। অতৈ অইবশিংস্থ মতম অসিগী অহোংবা যিভমদা মশা মশাগী ওইবা পাউখুম কযা পীনবা হোৎনখি। অতুবু আধুনিক কবিতাগী অসিগুম্বা ঈহৌগী তুংদা, অতোপ্পা জেনরেসনদা লাকখিবা অনৌবা অইবশিংগী কবিতা খরদি মশক মচুদা অহোংবা লাক্লে। পোষ্ট-মোদর্নিজমগী মতম অসিদা ইবকপা শৈরেংশিংদা নহাওইবিবা অইবশিংগী অনৌবা মিংযেং অমস্তুং ইদিয়ম উবা ফংই। মখোযগী কন্সনেস, মগোংদোক্তা পর্ক্লিং থিংজিনবা অতুম লৈ। অতুবু লালাংচৌবগী, থুগাইবগী, নাইংেম ভাবগী থিওরেটিক ওইবা মওংদা নংারোল অইবা খবদি মখোযগী শৈরেংদা পুথোক্তে। অতুমনদি ওইবগা মীওইবগী, সমাজগী, মরৈবাক্কী মাঙথরক্লিবা ফিভম মশক যাম্না মুন্না খংনা মখোয়গী শৈরেংদা উৎননা হোৎনবক্লি। অসিগুম্বা অনৌবা অইবশিংগী মনুংদা বীরেন্দ্রজিৎ নাওরেম মচৌন ভুমখৎ-লক্লিবা অমনি।

খজিক্তা শোকপদা খোপ্লেল অমা হেক্তা থোক্কনবা অইবশিংগী থম্মোয়গী ভাবদা মতম মতম অতুগী ফিভমগী প্রভাবনা থেংবদা থোক্লকই স্বর কয়া — সিম্বোল, ইমেজ, মঙ নত্রগা মিঠ কা লোয়নননা। কনাগুম্বা সমালোচক অমনা হায়খি — মীওইবা হায়বসি কন্সনেসগী চাউরবা খোঙচৎ অমনি। নহাওইরিবা অইবা বীরেন্দ্রজিৎ অসিগুম্বা লম্বেলদা চঙশিল্লক্লি। অসিগুম্বা মুংফাওগা

লোয়নন্না চান্নবা ইমেজরি অমসুং সিম্বোল হাপচিন্দুনা ইবা থোই-দোক্লা মহৈ যানবা শৈরেং কযামুক মহাক্কী শৈরেং অসিদা যাওরি। যুগ যুগ খুদিংদা কবি য়াম্না থোরকই। কন্না হাযবসি মতম মতমগী ওইদবা যাদ্রবা ফিভমনা পুনকপনি। অদুবু ফিভম অদুনা পীবিবা পক্লিংমতা অদুতা চোমলপ চোমলপ থম্বতনদি যজবা কবিতা ওইদে। থম্মোয় ইহুলশিং অদু মৈ ঈকথোক্নুনা কন্নাগী শক্তমদা ওন্থোকপা ঙম্বতুনি যজবা সাহিত্য হাযরিবসি। অফাওবা সমালোচক আই, এ, বিচার্দস্না হাযখি— থন্নগদবা ব্রাযমর্দি কবিতা অমনা কবি হাযরিবগে হায়বদু নত্তে; মরু ওইবিবদি, কবিতা অদু করিনা হাযবতুনি। মসিগী পরিক্ষাদা যেংলুগা অইবা কয়াগী শৈরেং কযা মাযথিবা ফংবসু য়াই। হুংঙাইনিবদি বীরেন্দ্রজিৎকী লাইরিক অসিগী শৈরেং থরদি কলা শক্তি লৈহনবা ঙম্মিবসিনি। মতম অসিদা ওইরক্লিবা মমাঙঙৈদা থোবখিদ্রিবা তমথিরবা সমাজগী চৈথেং মঙোন্দা কন্না ফাওহুনা ফোংদোরবা মশাগী তোপ তোপ্পা কলা শীজিন্নবক্নি। লাইবিক অসিগী মিংথোল ওইরিবা 'ফাদোক অমগী শৈরেং' হাযবা কবিতা অসি অইবগী কুইনা তুমদুনা লৈরুববা আত্মানা অফা-অপুন পূন্নমক্নগী মূক্তি ফংদুনা তুকাং খপনা চাউরবা উচেক অমগুন্না অপাকপা আতিযাদা মনীংতম্না পাইজবগী ঈখোলাংবা উৎপা যজরবা মেতাফর অমনি। মসি হৌজিক্কী মীওইবশিংগী ঈখোলাংজবগী সিম্বোলনি।

শৈরেং ৪৬ য়াওবা লাইরিক অসিদা মপুং ওইনা ফোঙদোক্লিবদি অইবনা মমালৈবাকপু হুংশিজবা, নীংতম্বা পামজবা, চাওখৎপা অনৌবা সমাজ অমবু ঈথোলাংজবা, ওৎ-নৈবা পূন্নমক্না

থল্লবা সমাজবু মুক্তি ফংননবা হোৎনবা অসিনচিংবা রাখলশিংনি। অদুবু হৌজিক্কি মাযপাকপদি ওমদবনা খোইশাওনবা; ভূমদুনা লৈরিবা মীশিংনা মমালৈবাক্কী য়াইফবা পুবকপা ওমলোই অমসুং দবকার ওইবিবদি মিকপ থোক্লবা মীশিংনা পাযখৎলকপা থবকশিং অদুনি হায়বা খওলকপগী স্নুর শৈরেং খরদা তাবা ফংই। মীওইবগী নীংতম্বগী হক, থাওশাংনা, নোংমৈনা ককথৎপা কাপখায়বা য়ারোই হায়বসি অইবগী থাজবনি। মহাক্না হৌজিক্কী ওইরিবা নাকেন্থাগী অহিংসি লোইশ্রগা য়েম্লিংথাগী শৈরেং অমত্তং ইজনিংবনি; অদুবু হৌজিক্কি লোইনাইদ্রবা নাকেন্থাগী অহিং ওইরি। আশাগী ঈশৈনি মহাক্না শকপা পামজবদি, হুংহিক্লবা অদু নত্তে। অদুনা নীংওমদনা হায়রকই:

হোৎনখিবনি ঐনা য়েম্লিংথাগী শৈরেং অমত্তং ইনবা
পীক্লবা নোংমৈ মক্সগী মতোন্দা
ইশাগী ঈনা মুক ওইদুনা
ইবদি ওমখিদে অমুক্তসু মপুংফানা।

(লোইনাইদ্রবা নাকেন্থাগী অহিং, লাঃ ১৭)

অনীসুবা শরুক্কী প্রকৃতিগা মরীলৈনবা শৈরেং খরদা অইবনা মহৌশাগী খোঙচৎ অমসুং ঋতু হোংলকপদা মশাগী পামজবা, ঈথৌলাংজবা অমসুং আশা ফোংদোকপগী মতেং লৌরি। 'ভান্নু থঙ্গোং' কৌবা শৈরেংদা অইবগী আশা অমসুং কমিতমেন্ট ফজবা উপমাদা উৎলি। অইবনা মরৈবাক্কগী আশা যাম্না তৌরুবনি। মহাক্না পোক্লকপদা মমা লৈবাকপু শেংলবা ঈপাককুম উজখি; মশামক্না মতুদা শাম্নজরিবা ভান্নু থঙ্গোংনি খঞ্জখি, অদুবু ইতিহাসকী

খোঙচত্তা মরৈবাক অনৈবা ঈশিংগী ঈপাকংমখে। অদুবু মহাক নাম্থোক্লোই খল্লে। মহাক মরৈবাক্কী নৈহাওদা পোকপনি, অদুনা অনৈবা ঈপাকক্তুম নৈরবা লমদমশে অমুক্তং তক্ক তক্কবা ঈপাক ওইনবা হোৎনগনি হায়বা ৱাশক শকই, ফজবা চানবা ইমজারিদা :

অদুনা
ওন্নগনি হৌজিক্তী অমংবা নোং
ওইররোই অমুক লশিংগী ভান্নু থঙ্গোং
পাইখৎতুনা অহাণ্ডবা অতিয়া মকোযদা
খুঁ কথরগনি মীৎন্নুদগী অনোবা ঈবীকশিং
নৈখাযবিঞ্ববা নঙগী ঈপাকপু
অমুক্তং তরু-তরুহন্নবা।

( ভান্নু থঙ্গোং, লাঃ ৩৫ )

অইবা অসিদগী ঐখোযনা ফংনিংলিবা তুংগী আশান্নু মহাক্কী অসিগুম্বা কমিতমেণ্ট, পোজিটিভ ওইবা মিৎযেং অসিনি। মহাক্না রোমাণ্টিক অমগুম্না অওইবদগী নাম্থোক্লুনা থাপলবা থরানমিচাক্কী লমদম অমদা চত্তে। নীংবা কযা থুংদ্রবস্নু নোংমদি সমাজ অসি ফগৎলক্নবা খোঙজংদা মহাকস্নু লুপশিন্দুনা যাওগনি হাযবা অকনবা ৱারেপ লৌই। মসিমক্তনা মহাক হৌজিক্কী অইবশিংগী মরক্তা তরুং তরুং চোঙথোক্লা উই।

প্রকৃতিগী শৈরেংশিংদা মীওইবগী অপাম্বস্নু ফোঙদোক্লবা খুদোং-চাবা লৌই। শৈরেং থরদা অইবগী আশা যাম্না ফজবা মেতাফর অমগুম ফোঙদোকই। 'ভাইরিবনি নঙতবু' হায়বা শৈরেংদা মহাক্না

করিগুম্ববু নত্রগা কনাগুম্ববু ঙাইজরি খাতুগী অহাংবা মরক্তা, অত্তুগা হায়রকই : 'অত্তুবু নহাক্তি/লাকপা কৌবা মরৈত্রি'। ( লাঃ ৩৭ )। শৈরেং অসি অইবনা পামজরিবা পান্দম উৎপা মেতাফর অমনি। মশু ( লাঃ ৪৩ ) মরৈবাক্কী যজবদা অইবগী মমালৈবাক সুংশিবস্থু তিনশিনঞ্জবা নীংথিবা ইমেজরিদা শাগৎপা সৃজনশক্তি চেল্লবা শৈবেংনি। অশেংবা মঙনি — ফজরবা মখল-মথাগী মচুনা লৈতেং-লবা প্রকৃতিগী সংসাব অমদা অইবনা ছুংঙাইজরিবা। মহাক্কী ইমেজরিশিং থোইদোক্লা সেনজুঅস ওই অসহুং যংসনেলস্থু ওই। ইমেজরিশিংসি চুন্নগী লৈতেং নত্তে, মশা মশাগী অকক্লবা থবক ভোইহল্লি মকোঙদোকপু অর্থ লৈহন্নবগীদমক। 'বনমহৎসব' ( লাঃ ৪৫ ) দা অইবনা প্রকৃতিগী শক্তম শোম্বরকপদা মীওইবগী হিংবগী অরাবস্থু উই অমসুং প্রকৃতিগী ফিভম যগৎনবা হোৎনরিব-শিংবু করেমনৈ। 'শাহৌ ফববা মুড' ( লাঃ ৪৭ ) প্রকৃতি অমসুং পুন্সিগী অর্থবু হনবা শৈবেংনি। পুন্সিদা থোক্লিবা মীওইবগী মাঙথবক্লিবা শাজং থরবু করেমনবনি। 'চুথরো নোং ওন্দুনা' হায়বা শৈরেংদা যোঙদোক্লি অইবগী পান্দম : অনৌবা সমাজ অনবু শেমগৎপা। ফজনা সৃজনশক্তি য়াওরবা প্রকৃতিগী ইমেজরি কয়া যাওবা শৈরেংনি। অইবনা অতিয়াদা মুনা পাইরিবা লানফম কযাগী মৈথু মপৈশিংসে অমুক্তং ওসহন্নিংই নোং, অত্তুগা চুথহন্নিংই মীওইবগী থম্মোয়দা তুংশীল্লিবা কলক-য়েংথিনবগী অমোৎ-অকায় পূম্বা তাওথোকখিনবা ; যৈহন্নিংই থম্মোয়শিংতুগী ঈমাযদা শেংলবা কোরৌহনবগী অমেঙবা মশেক্লা। মশেক্তুনা য়ৈবদা অনৌবা মঙাল থোক্লক্লনি। অইবনা থাজে :

মতমতুদা পাইরক্কনি
লূপাগী খুন্নশিংতুনা
ঈ তৈরবা মালেমগী
ঊনা-বানা, নাপী-শীংনাশিংদা
অশংবা, ইন্নফি কূপশীন কূপশীন্দুনা
অতুগা পাইশিন্দুনা তোংলগনি
মীওইবনা শেম্বা সনাগী ফৈরাশিংদা
অকি তুজুংবা অমত্তা য়াওদনা।

( লাঃ ৫৩ )

বীরেন্দ্রজিৎনা শৈরেং কয়াদা সিম্বোল কয়া শীজিন্নরি। সিম্বোলশিং অসি যাম্না ওবস্ক্যুব ওইখিতুনা অর্থ থোক্কবা ওইদে। মসিনা শাফু য়াওনা হায়নীংলিবা, ফোঙদোকনিংলিবা অতু ময়েক শেংহন্বা ওম্মী, অতুগা পারিবশিংদসু কলাগী যজবা উহনা মুংওাইবা শীবা ওম্মী 'ঐগী য়ুম' (লাঃ ৬১), 'ইম্ফাল' ( লাঃ ৬২ ) হৌজিক্কী মীওইবশিংগী ফিভম অমসুং মরাইবক উৎপা শৈরেংশিংনি। অরানবনা থল্লবা পৃথিবীসিদা থাঙবা ওমদ্রতুনা তাইবনা লাই শিংগ্রে থল্লকই অমসুং হাযবকই ঐখোয়না লাইবু মীরায়বসি, লাইনা ঐখোয়বু অমুক নীংহল্লসি। ওসিগী তং-তাদ্রবা মণিপুবগী ফিভম 'অমম্বা মরক্তা' কৌবা শৈরেংদা উৎলী। হৌজিক্কী মী পুন্নমক্না খঙউী :

শিবু শিরবদি লান্দবা নৈতে।
মরমদি নোংমৈ মক্ক নত্রগা বোম মচেৎনা
লাক্কদবা মপাদা লৈরুবতুমক মখোয়গী মরালনি।

( লাঃ ৮২ )

'অনৌবা ৱারী অমগীদমক' ( লাঃ ৮৩ ) হায়না মিংথোনবা শৈরেংদা অনৌবা সমাজ, অনৌবা পুন্সিগী আশা অমগা লোয়ননা লাইন্নিক অসি লোইশিল্লি। কবি অসি হৌজিক্কী মীওইবশিংগী অৱাবা মুন্না খঙ্ডি, অদুনা খোইশাউই। অদুবু মুংঙাইরিবদি, মহাক্লা মীওইবদা থাজবদি মাঙদে। অদুনা মহাক্না মীওইবশিংগী অনৌবা ৱারী ইনবা থৌবাংদুনা লৈ:

থাংলক্লবনি খোঙসি ঙসিদি
কুচু পাল্লবী অয়ুক্না তমলকপা
মঙালগী খুদোলসে পুরদুনা
অহাঙবা নোংমদোল
লমনাইদ্রবা মালং
ঙমনা শকখঙনরগা
ফজবা নীংথিবনা থল্লবা
ইমাগী ৱারী ইনবা।

সুব অসি নীংবকাযবগী নত্তে, থাজবগীনি; থুগাইবগী নত্তে, শাগৎপগীনি; নাম্থোকপা নত্তে, লুপশিন্না য়াওশিনবগীনি; অমম্বা মপৈগী নত্তে, মঙালগীনি। কবি অসিগী অকনবা থাজবা লৈবা, নেগেতিভিজম য়াওদবা অসিমক্তনা মহাক্কী মগুন অমা ওইবি হায়নিংঙি। অসিগুম্বা অচেৎপা থাজবা অমসুং কমিতমেণ্ট অসি আধুনিকতাগী শৈরেং অইবা খুদিংমক্তা যাওবা নত্তে। অসিগুম্বা অকনবা থাজবা অমসুং আশা, খুৎকোঙদোকপী খোঙচৎ অসিনা লেপত্রবদি পোষ্ট-মোর্দন মণিপুরী কবিতাদা বীরেন্দ্রজীৎনা মরুওইবা দান পীবা ঙমগনি হায়না চেৎনা থাজে। পোইএতিক কূএসন্দা মরুওইবা

পোৎলম অনী চঙডি : অমনা মুংগী পাঙ্গল নত্রগা কল্পনাশক্তি ; অতোপ্পা অমনা মশানা খঙনা পুথোকচবা তেক্লিকেল দিসিপ্লিন। মচল অনী অসিনা নীংথিজনা পুল্লবদি ফজবা কবিতা থোক্লকই। সমালোচক অমনা হায়খি : কবিতা হায়বসি পোৎথম য়ামনা চানা থমলবা খ্বাইদগী ফজবা রাইহেশিংঙনি। মসি পুন্সিগা মান্নদে, অত্রবু মসিনা অনৌবা পুন্সি অমা য়াকাইহল্লি। মসিগী লীক্লমদা বীরেন্দ্রজিৎনা চঙশিল্লবদি ফজবা কবিতাশিং মতোন্দগী থোক্লকনি হায়না আশা তৌই।

ইম্ফাল,
১৫।১।৯৫ ইং

লৈমপোকপম দামোদর

ঐনা থাজৈ, পুন্সি অসিমক অচৌবা লানযম অমনি। অতুনা লানফমসিদা মায় পাকপা নম্রগা পাক্তবা লাদি তঙাইফদনা শোক্লদবা যাদে। লানফম কযা হৌখি, থাঙ হাইগৎলুবদি লায়রতুনা চুঙোই ফাওবা থাঙ্গৎপা ঙমেহৌদতুনা লানফা ওইখিবসু কয়ারক্সি, করি করিগুম্বদনা ইতোমতনা তোপ চামা চামা চিংতুনা চেনশীন-খিবসু অতুম য়াওখি। ঐ খঙই, নোংমদি পূমচোক চোকথরবা মীৎকুপতা তুমথবা নাইদ্রবা লানফম অসি শোয়দনা তুমথখিনি অমুক মীৎকপ থোক্লক্তনা। মরমদি মতম্গী লৈখোক্তা পোম্লবা লুমিংকি লৈনা কয়া শাৎকায়খি, শাৎকায়রবা কয়ানা কেনখি; মায়থিবা অমসুং মাযপাকপগী ফিরাল চেখোক্তা ঙাথ-ঙাথরতুনা।

পুক্লিং লৈতানা মীৎকুপ অমত্তসু পোথাবা ঙমদ্রবা লানফমগী মৈচাক মৈখু মরকসিদা ঐগী শৈরেংশিং অসিসু ঐগীদি লাম্মীনি। অতুনা শোয়দনা লংনরকনি; খরনা লৈ, খরনা বোম ঐগী শৈরেংশিং তন্না। ঐনা তঙাইফদনা ঙাইগদৌরিবনা বোমশিংতুনি মরমদি মৈরক্তা ওইরবসু লানফমসিগী লীগদবা অহিংবা রারীদি য়াম্না রাৎলী।

য়াওরিবা শৈরেংশিং অসিগী মবক্তগী খরদি মাঙজৈননা এন্থোলোজি, সাহিত্যগী চেফোঙ (মণিপুর অমদি মপানগী) কয়াদা হাপখ্রে। খরনা অকাশবানি ইফালদা পাথোকখ্রে। শৈরেংশিং অসি নৌনা অমুক ফোঙদোকপা য়াহনবিবগীদমক মরী লৈনবা পুন্নমক্তা তৌবীমল খঙবা উংচরি। চহীগী খোঙচৎনা পুরকপা অনৌবা রাখল অমদি মীৎয়েংনা হান্নগী লৈজরম্বা শৈরেংগী মশা মরেং কয়া ককথৎখি, কয়া অমসু হাপচিনখি। থোল্লম্বা মমীং

ফাওবা হোংতোকপা য়াওখি। অপাবশিংনা ভাকপীনবা হায়জরি।

লাইরিক অসি মরূপ মপাংশিংগী শিংঙাল্লোইদবা লমন্না চৈথাক ওইহনা পুথোকপা ভমজবনি। মরূপ দিলিপ ময়েংবম; খোলচন্দ্র অথোকপম, লাইরেনলাকপম ইবেমহল, কোইজম শান্তিবালা, ইচেম্মা অরাম্বম মেমচৌবী মখোয়গী মমল নাইত্রবা পুক্নিং লৌশিংনা ঐগী শৈরেংশিংগা তিনশিন্নখ্রবনি। ইনাও শরত খুমন, ইচল খোকচোম নিমা (কছার), ওজা ঈরৈ মোইরাংথেম মখোয়না পাংবিবা মমল য়াম্লবা শেনগী মতেংনা লাইরিকসিগী শাহোংগা অমত্তা ওইনা পুনশীনখ্রবনি। মরূপ হৈস্নাম চুরা, রাজেন শরাংথেম, শ্যামকুমার লাইশ্রম মখোয়দগী ফংজবা থৌনানা ঈনোং হাপখ্রবনি লাইরিকসিগী খোঙথাংদা।

পুন্নমকসিগী মথক্তা চিল্লবা মতম কয়া কাইথোকপিহনা ওজা লৈমপোকপম দামুদোরনা থাহৌদোক ইবীরকখি অমদি শরাইরবা আর্টিষ্ট রাজকুমার জয়না মখুম য়েকপিরকখি। মণিপুর ষ্টেট কালা একাডেমীনসু লাইরিক অসি ফোঙনবগীদমক শেনগী মতেং পীবিখি। লাইরিক অসি অহানবদা 'নঙগীদমক হিংজনিংই' হায়না খোঙ্গনন্দগী একাডেমীগী অয়াবা লৌজবগা 'ফাদোক হমগী শৈরেং' হায়না ওহোকচখি। পি, এস, পব্লিকেসন্স, মণিপুর অমসুং সনা পব্লিকেসন্স, ইম্ফাল অনীনা ফোঙদোরবগী থৌদাং য়াবীখি।

সুংশিবীহনা তেংবাংবিরকখিবা, তেংবাংবিরিবা অমদি তেংবাংবিরকখিগদবা ময়াম্ব পুম্নমক্কী থাগৎপা ঐনা মরোই।

১৮।১।৯৫

বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেম
নাওরেম লৈকায়, ইম্ফাল।

# পব্লিকেসন্সকী মায়কৈদগী

পব্লিসব মবাঙ কায়না লৈত্রিবা ইরমদম অসিগী অইবশিংনা মাইযোক্লতুনা লৈরিবা ইক্লরগা মতম চানা ফোঙদোকপা ঙমদবা হাযবা খুদোংচাদবা অসিবু যারিবমখৈ কোকহন্নবা হোৎনজবগা লোযননা মতম মতমগী ওইনা অফবা লাইবিক মরাং কায়না পুথোকচনুনা মীতৈলোনগী সাহিত্যবু হেন্না চাওখৎহন্নবা হোৎনজবা হায়বসিনা পি,এস, পব্লিকেসন্স মণিপুবগী মরুওইবা পান্দমনি। পান্দম অসিগী মখাদা শোক ১৯৮৬ তগী হৌনা পব্লিকেসন্স অসিনা ঙসিফাওবদা মীযামদা পুন্না লাইরিক ১২ খুদোন তনজবা ঙমজগ্রে।

শ্রী বিবেন্দ্রজিৎ নাওরেম্না ইবা 'ফাদোক তমগী শৈরেং' কৌবা লাইরিক অসি পব্লিকেসন্স অসিগী ১৩শুবা খুদোন ওইনা মীয়ামদা শিন্নজবি।

লাইবিক অসি পুথোক্লবা হোৎনজবদা মংশিবীতুনা মতেং পীবীরকথিবা মরী লৈনবা পুম্নমকপু থাগৎচরি।

ইম্ফাল
তাং ২২। ১। ৯৫ ইং

পি, এস, পব্লিকেসন্স
মণিপুর

লাইরিক অসিগী মিংথোল ওইরিবা শৈরেং অসি হান্নদি 'বন্দি অমগী শৈরেং' হায়না লৈবম্লনি। মুংশিজববা ইযাম্বা থাংজম ইবোপিশকনা 'ফাদোক অমগী শৈরেং' ওন্থোকপিখি। লোয়নন্না লাইরিকসিগী মন্নুংদা যাওরিবা 'লান' হায়বা শৈরেংসিগী মমিং অসিদু ইযাম্বা অসিনা থোনবিখি।

ইশাগী যোঙ্রবা লাইরিকশিং :

১। অঙনবা (রারীমচা, ১৯৮৮) ২। সিবু হৌনবিক্রা ইমা (শৈরেং, ১৯৯১) ৩। অমম্বদসু অঙানবদসু (রারীমচা, ১৯৯২)।

অরেংবা ওইখিবা লাইরিকশিং :

১। কীন্নবক্লবদা (মীতৈ ময়েকী খোমজিনবা রারীমচা, ১৯৯৩)

২। মুপীগী খোঙ্গেল (মীতৈ মুপী অশৈবীশিংতগী শৈরেং খোমজিনবা ১৯৯৪)।

—অইবা

ইমা

নখোঙ থাংহনা চংপদি লায়রক্পা নহাক
হৌগৎ কাঙথৎপা ফাওবা ঙম্খিদে
লাইয়েংশঙগী য়াম্বা শীরক্লা
পোত্পা নত্রগা পমত্পা
পুখিনে ঐনা নঙবু
নঙনা পীবীবা পাঙ্গলভনা
শোল্লবী হকচাংত্‌ অমুক্তং কনথৎলক্লবদি খন
ঙম্মা শকথঙনহনখিবনি
লাইয়েংশঙত্ত্নগী য়াম্বা থ্‌ৎক্ত-থ্‌ৎলাই
মশীং য়াম্বা হিদাক-লাংথক,
ততনা হংখিবনি লাইয়েংবা মখোযদা
ঐগী ইমা কৈদৌঙৈ ফরকনি
কৈদৌঙৈ হৌগৎ কাংথৎপা ঙমলকনি ।
ঐ খঙঙিনে ইমা
নঙগী শিয়োমন্থুংদগী তাইবঙ ফাওরকখিবা ঐনা
নত্তমপাক্কী মালেমদা হৈনা খোঙথাংনরকপত্থু
শোয়দনা ঙাইরমগনি নঙনা,

নোংক্লমগুনি
মোমোন্‌ মীনোংকম্‌
কাঙদোং কান্ত্রিবা ঐগী
কাকৈ কাকৈ থাংবা খোঙথাংদা
চেপথ-চেপথ য়েংহুনা ।
ঙাইখিবনি ঐনস্‌
নহাক্না অমুক্তং নখোঙ থাংহুনা চংলকপা ।
অদুবু ইমা
নহাক্তি খক হৌগৎ কাঙথংপা ঙমখিদে
নহাক্না হিপনীংখিত্রবা ফমুংহুদগী ।
অদুগা ঙসিনা
করম্বা অরোইবা থৌনা লাক্লহুনা
কদায় তান্না চংখ্রিবা
নত্রগনা অহৌবা থৌনা অমনা
খুজেং পাল্লোইনখিবরা
তনো হংহৌরিনে ইমা ঝাহংসিমদি
নঙগী নীংশীংবা মরকসিদা ।

- অইবা

## যাওরিবা শৈরেংশিং

# ইতিহাস

মচীনদা চাউরবা ঃকিতুল নাক্তা
লুমবা মুঙজাও অমনা
মথক্তা ননশিনগ্রবদা
শৈরেং ইরকই
মাগী শিনাইজ্রবা থবায়না
চহী কয়াগী মমাঙদগী
অমম্বা গুহা মমুংদা
লংথক্না থম্বীরক্লবী
হূপী অমগীদমক,
ইবা নত্তে অশৈবগুম
চেবাংদা মৃক্লা
ইরক্লিবনি
কোক্লাইজ্রবা অঙাংবা ঈরীক্লা
তুংদা লাকপা মীরোল কল্লাগী
থম্মোয়গী লমায় খুদিংদা

মীরোল অমলগী মীরোল অমা
হেন্না হেন্না মরেক শেংলক্লিবা
মাগী শৈরেংগী ময়েকশিং
পাল্লবা খুদিং
পি শীম্বহল্লী মীংলুগী
লোইবা খবা নাইদনা ।
হৌজিক্তী
মাগী শৈরেংগী শাকুনা
মীংলু কয়াগী পিজনা চোংলবা লম্বীদা
থাংবা হৌরক্লে নৌরিবা খোঙ কয়া
অমবা গুহাহু তম্মা
কনা অমত্তগী মীংলুদা
অনৌবা পি অমুক শীম্বহন্দনবা ।

১৭ জনুয়ারি, ১৯৯১

# কুইরবা মতমদগী

মতমগী লৈঙোই মরীক মরীরা
হাজীন্দুনা শেমগ্রবা তোর্বান্দা
ইননবা হোৎনরকই রাহৈ অমত্তং
উপ্রতংগী রাহৈ অমত্তং
কংলবা শক্লগী থৃং লীশীং লীশীংনাঃ
নীংশীংহ্ননা অভিয়াগী পাল্লবা ঈপাক্তা
মনীং ভম্না ঈরোইখিবা উচেক অমবু।
ইবা লোইকাংত্রিঙৈ রাহৈহু
তিংথোরক্লগা মশীং থীওমগ্রবা
ঈথক-ঈপোমগী চাউরবা থৃংচাউশিং
হেক্তমক মৃংথংখি শ্রুশ্রু নৈথারহ্ননা
মমি কাওবা লৈহৌদনবা।
অহ্নবু - মৃংথংগ্রবস্থ কয়ারক কল্লক পেন্না
হন্নাইদনা হোৎনরক্লি কংলবা শক্লগী থৃংশিংহ্ননদি
অমুত্তং মপুং ফানা ইননবা রাহৈহু।

১ মেঃ ১৯৯১

কাঙোক অমগী শৈরেং/৩

## পঙথরবা থরাম্নশিং

লিন পুবদুগী লুবাকতুং
কুইনা ফাজিন পুন্সিনবিরক্লবা লিনশিংদুনা
ওাইরকই মতম কুইকপী
লুবাক নখ্ৎমশিংদু অমুক্তং হাংদোকরকপা।
থল্লী মথোয়না
হেক হাংদোরকপগা মখুমসি
অরৈবা হু মখৈ কামশিন্দুনা
লমন থুমগে
নীংতম্বু খোঙাংকপী

হাংদোরক্রবদা মথুমশিংদু
মকোক পুবা হাইগঙলবই
লমন থুমনিংবগী নিংথা [illegible]
ফইনা ফইনা হোৎনদুনা।
তাঙা থওনবা লিন পুবা

[illegible]

থোংগংলকই মথুংতগী থিন
হাইগংলক্লিবা মকোকশিংদুগী মফম,
থিন মথোলহল্লা
ওমহৎরাই পুন্নবা থিন মথোলহল্লা
তন্না তপ্না মৃংথনরকই
মবীতা চাল্লবা মৈরী
থম্মোয়দা হৌগৎলল্লবা মৈকম
লমন থুমনিংবগী ইহুল অমদি থৌনা
মথং মথং মাঙখিহ্না
জগোই শাগৎলল্লকই লিনশিংদু
লৈনা লৈনা
লিন পুবদুগী অকোয়বদা।

২০ এপ্রিল, ১৯৯২

## মাশক

মতম অমদদি ঐসে
জগোই শাঙ্গরম্বনি শামু মচাণ্ডম
ইনীংতম্না থেক্লা নৌনা
ইথৎনা শেমজবা ইংখোল পনগোইম্নংসিদা
অদুবু
ঐবু হুংশিবীরিব্বনি হায়দুনা নংনা
ইনশিনবিরকখিবা ফিসিদা ওসিদি
জগোই শাকবদি লায়রবুনা
অমুক্তং চুম্না লেপচবা কাওবা ওমহল্লে
ঐগী ইংখোলসিমক্তদা।
হায়খিবনি নওনদি
ফিসে থাইদগী মবনি
হেনগৎকনি মসিনা
জগোই খৎথেকী মঙাল।
অদুবু

নঙগী থানা নুম্ববা ফিসিনা
ইশা পুম্বদা চেৎনা নপশীনগ্রবদা
কদায় নীংতম্বগী থ্ৎথেক ?
অচুনা ঙসিদি
রাশকুমনা হায়ব্রিবসিনি নকমদা
শেগায়রগনি ফিসি [illegible]
লোয়নরক্লবনু ঐগী
অহিংবা তোংশা মচেৎ মচেৎ
অহিংবা তোংশা মচেৎ মচেৎ ।

২৭ অগষ্ট, ১৯৯২

[illegible]

## নঙগী নীংতম্বগীদমক

মসিল্লা ৱায়েল
মসিল্লা লালহৌ
ময়াম্বনা মনাওগী ঈখেংদা
মনাওনা ময়াম্বগী ঈখেংদা
অঙম - অঙম্বা ঈরোইনরিবা ?
য়েংঙ্‌নে ইমা
কনানা নঙবু নীংলিবা
কমানা নংবু নীংত্রিবা
নঙগী নীংতম্বগী মিংদনি
নঙগী যাইকবগী মিংদনি
নচাশিংগী নৌরিবা মথবাকশিংদা
লানঙম ফিরাল য়ুংশিন্নরিবা
অমগা অমগা
হে লাইবকচাউবী
ভূমথবা নাইত্রবা লানফমসিগী ময়ায়দা

কাপোর্ক অমগী শৈরেং/৮

শরুগন্নু অমুক

মৈবাংগ্রবা থম্মোয়গী খোম্থোক্লবা ঈশৈ
য়েহল্লগন্নু খোম্থাংসু ময়াই হাপ্রত্নুনা
লম্মুক্লরবা নচাশিংগী থম্মোয়দা,
নত্রবদি - মখোয়গী অশিবা মশাক্তনা
ঘুমজিনগ্রগনি লৈরোন মঙ্ঙৈনা
নহাক্লা ঈখৌ লাংজক্লিবা নীংতম্মতু ।
নহাক্কী নীংতম্মবু পুক্লক্লবদি
মৈরক্কী লম্বীদা নোংমক্তসু থুংশম্মত্রবা
মৈরীনা চাকথেকপা ওম্বা
লশিং মফোলগুম্না নচাশিংসি নত্তে ।
লাকখিনি নোংমদ্রি
অশংবা ফৌবালগী লৈনম্লত্রা শাক্লেপ ওম্লকপা
নুংথং লাঙ্গোলগী ঈশৈনা চক্লা নোংখম্লক্লকপা
লৈখোঙ্গা ফিজেৎনত্নুনা মৈরক্তা য়াওক্লকপা
অহিংবনি শীংথাবীদ্রবা নচা কয়া,
শিম্নরগনি মখোয়না শে.য়দনা
মৈ ঈশিং চংদনা হুংশম্লরবা খুংশিংক্লনা
অমুক মাংবা নাইক্লরোইদবা নীংতম্মত্নুবু নক্কদা ।

৩ সেপ্তেম্বর, ১৯৯২

## খোঙথাং অমত্তং

চহীগী থারবা কৈজ্‌পদুংদা
নাউগুমজখিবা নথম্মোয়শিংহ্নুদি
মীংকপ খোকহনবা নাইদনা
কদায়দনো পঙচংতা চংলিবা
নশাগী ঈত্না লুপ্পবা
চনপ - চনপ লাউরবা নখোঙশিংহ্নুনা।
ভূমলিবা নখোয়গী লম্মাংনরবা খোঙ্গুল
লম্মাংনরবা খোঙ্গুলশিংগী নৈহৎনরবা খোঙচং
করিবু ভৌনগদবা
হ্রাজরবী মাগী মকমদা ?
মহাত্মা পাম্জরিবদি
মীংকপ খোক্লবা থম্মোয়গী মপূ অমত্তংনা
মমানু থংলবা মচাগী শাজংত্রা
তপ্পতগী খোঙথাং অমহং থাংলম্বহ্নিনি
অতুম্বত্তু নাউকোল্লকপদা চোকথরবী মতমপাংকসিদা।

১৪ সেপ্তেম্বর, ১৯৯২

## থুগাইম্মু কৈশুমশঙ

কাওথায়য়ু থংগাইবু
কৈশুমশঙগী চেকপল
থদংলু লংশেকউ
কল্লবা য়োংহ্লিং ফলাং।
ককথংপা য়ারোই থাঙশাংনা
কাপথায়বা য়ারোই নোংমৈনা
মীওইবা পুন্সিগী ফংফম থোকপা মমল।
থোকলিবা য়ুমিং থাগী মঙাল
চপ মান্নবা ফংমিন্নগদবনি,
লৈরিবা লম্বী থৃদিংমক
অমত্তা ওইনা চংমীন্নগদবনি।

মীনাই নাইথাঙগী কোল্লুবা চপথায়বিরবা
হে মালেমগী তুহং-নৈহংপিরবশা
লাউরো হৌনা অহিংবা থোজেল

'কাংলোক অমগী শৈরেং'/১১

মরোল অঙম্বা নীকহনবা ঙম্বা

চুপীগ্নো মৈ

তাঙ্গোই ওনখিনবা

নীংতম্ববু মখোঙ মথুং পুন্সিল্লিবা

মালেমগী কৈতুমশঙ পুম্বা

নীংতম্ববু অমুক হন্না ফাগী থ'ইন্দনবা।

খঙহল্লমগদবনি

কৈতুমশঙ লিংলিবা মখোয় পুম্নমক্তসু

নীংতম্না পোক্লকপা মীওইবগী পুন্সি

নীংতম্না অহ্নমক লোইগদবনি।

১৬ মার্চ, ১৯৯৩

# ফাদোক অমগী শৈরেং

মপূকচেল খোয়ববা লম্বী
লম্বীসিনা চিংহ্নুনা পুখি ঐবু
অশাবা হংগী শগোলদগুম
ইশা পূম্বা খোৱা কোঙ্গোই থদুনা।
তাবকই নাকোংসিদা
চেক্লোন বয়া ফাওদোক্নুনা লাকপা
খোঙ্জেল অমা,
কযাদা মচীন থোক্লবা
যৈশীনখি থম্মোয়সিদা মরেপ থদুনা।
মমীৎ থংপাও পাংথোবকই
ঐগী তুমলুববা পুক্রিং,
খোশাবকই চেন চোংদুনা
থোরী নাম্থোকখ্রবা ষণনাওদগুম
নীংশীংবগী লৌবুক লমহাও মবক্তা
অহুইংগী মশামদগুম।

খোঁশা খোঁশানা ওম্থোরকই
ঐগী পুক্নিং
চাউরবা উচেক অমা,
অকাউবগী শুক্রবা লোকন্নুংদা
মতম কুইনা য়াতাক্কববগুম
মতু মমান খীংদোক্লম্লগা অমুক্তং
থংপাই পাইখংখি অঙাংবা অতিয়াদা,
অত্থুগা তৈশীনখি
মশা পুন্না
অঙাংবা মচু।

ঙাংশং ঙাংলবা অতিযাদা
ঙাংশং ঙাংলবা উচেকী জগোই
কযাদা ফজথ্রবা
ঙসিতমক থঙলকই
অঙাংবা মচুগী ফজবা,
অত্থুবু
চিংলি লেপতনা
লৈরীসিনা ঐবুদি।

২ এপ্রিল, ১৯৯৩

## লোনশীল্লিবা খোঙ

চেৎনা লোনশীল্লিবা খোঙ অসি
অমুক্তং হাংতোক্লবদি মকা লান্না
চঙলক্কনি খোনাপুবা শৈশকপা
নোংপোক হারমগী মালংবনা
মশেক মঙাল নাইববা
লূপাগী চাংশাং নাপোম্ব, খোঙনেৎনদুনা লাক্লগ,
শক্লগনি ঐখোযনা পামজবা ঈশৈদুমক
তদুদৈ ঐখোযগা শকখঙনখিবা।
ঈশৈদুনা পীগনি অনৌবা খোনা
অনৌবা মংপোক অমা শেমজনবা
নমথী হঙাইনা থল্লবা মম্নবা কা অসিদা
ইরাল করিনো খঙদনা
নোবোক্কী দন্দি ফংলিবা ঐখোযদা
অনৌবা খোনাদুনা শাংকায়রক্লবদা
ঙম্লোই কনানসু খোঙ অসি হম্না লোনশীনবা।

১৯ সেপ্তেম্বর, ১৯৯৩

# লোইনাইদ্রবা নাকেম্থাগী অহিং

লোইশিনখ্রো য়াদ্রবা
লোইনাইদ্রবা নাকেম্থাগী অহিংসিগী
হৌখ্রবা মওলান অমদা
ঐনা উখি পিবিক কয়া
ঐবু পোকপী ইমাগী মাযথোঙদা,
সহর অমদি খুঙংগী কল্লাংশিংদা যাল্লিবা
ঈংম ঙাংলবা বেন্নবশিংগা কোন্না।
খল্লাইদ্রবা ইমাগী পিরীক্তনা চোৎলবা
বেন্নবশিং অত্থুদগী চেন্থরকপা অঙাংবা মচুমত্তুনা
তারকপদুনি ইমায়সিদা
ঐনা খঙহৌদনা মীৎকপ থোকখিবা।
হৌনত্তুনা চৎমীন্নখি
ঐগুম্না মীৎকপ থোক্লম্বা মখোয় খরগা
অমুক্তং পুরক্নবা য়েন্নিংথাগী অয়ুক
নাকেম্থাগী অমম্বনা বুপ্পবা ইমাগী মশাইকোনসিদা।

অঙৌবু

অমম্বগী লোইবা নাইগ্রবা লম্বী
লম্বীহুদা লৈরম্বা চরা্ন্নবা মোংকম কয়ানা
লাক-লাক্লুনা চিংশিনখি
চংমিল্লরম্বা মখোয় কয়াবু
হন্না অমুক মীৎকপ থোক্লকুনবা।
কয়াদা লাকচখীগ্রবা
কয়াদা খোয়শাওনগ্রবা
হোৎনখিবনি ঐনা য়েঙ্লিংথাগী শৈরেং অমম্তং ইনবা
পীক্লবা নোংমৈ মক্লগী মতোন্দা
ইশাগী ঈনা মুক ওইহুনা
ইবদি ঙমখিদে অমুক্তসু মপুংফানা।
ঙসিদি
লোইশিনহনবা ঙমখিগ্রবা নাকেম্থাগী অহিংসিনা
মহু চাউবা লিন ওন্দুনা
যেৎশিনখ্রে মরৈ মরৈ
ইমাগী হকচাং শীনবা থ্ংনা,
কৃপশীনবিরম্লগা ইকোকসিদনা
যুরাউনরবা মৈখূগী কোকথুমফিনা চেৎনা।

৩ সেপ্তেম্বর, ১৯৭২

## মোংফমগী মৈরী

মৈরা অমা
পীরবা মৈরা অমা
চমথংচৈ মত্রবা থাংপোকম্নংদা
থম্মোয়গী ঈরিক পুম্বা হৈজিন্দুনা।

নোংলৈ
ইতং-তংজন্না লাক্কই মোংলৈ
থাংপোক্কী থম্মোয়দা
মৈরাগী থম্মোয়দা
লংশিলনৈ,
চাউব-চাউরবা মুংত্রুম কয়া।
তংহন্নীংত্রবা লংলাগী শম্বল
ঙাংমা লাম্না পাইথোকখি মৈরা
মূনা মূনা য়েংলত্নুনা
চেংনা নাউকোনবিরকপা মলনা থাংপোক।

কাংলোক: অমগী শৈরেং/১৮

অয়ুক মুংথিল
অহিং তাইবং
লেপ্পাইদনা চুরকই অশাবা নোং
চোকথরবা খাংপোক্কী মীৎলু অনীদগী

ঙাইবা
ঙাইহনবা লৈরবগী ভুং
অপীকপা মৈরাদো
লেপলে মোংফমগী মৈরী ওইনা।

১ ফেব্রুৱারি, ১৯৯৪

# নীংশীংঙ, য়াম্নবা ঈশৈ

থাবলগী ঈচাওনা থম্মজিনখ্রবা
অতিয়াগী ঈমাযদগী থক্তোরকপা মঙালনা
য়ৈরী ঈ থাংদ্রবা
মোংযম কযাগী মায়থোঙদা ।

ও ! থংহৌদনা মাঙখ্রে
ঐ নীংশীংবা থোক্তে
গুপ্পতংগী পরেং অমফাওবা ঈশৈদুগী
মুংশিরবা উচেক মচাশিংহূনা শরুম্বা ।
নমহূনা শারাক তম্বিরবী
মক্কি থোংদ্রবী মুপাগী হকচাংগুম
মচী লেঙদনা
লোংনা তারিবা লৌবুকশিং,
ষ্টৈনগম্মা, কাবাইম্মা
শীংনা শানা কাপথংখ্রবা হকচাংগুম

ফাদোক অমগী শৈরেং/২০

নীংখায়দ্রনা তারিবা খাংপোকশিং
নখোয়গী নরক্তনি শকখিবা ঈশৈ
নখোয়গী নরক্তনি।

হৌজিক্তি
অতৈ খোঙ্গেল অতময় তাখিক্তে
মোংফমদুংদা কপলিবা
চৈনাখোলগী মুংহীক্রববা
মীকপখোলসি নক্তো।

২৯ মার্চ, ১৯৯৯

# তুম্নিবা মৈরী

নোংমদোনগা তেমশীংনরিবা চেক্লাশিংগী শৈহেকখোন্দা
মীংকপ খোক্লবা মালেমগী অশংবা উনা কয়া
শুম্ন্থোকখ্রে অঙাংবা কোরীগী উনা,
শাগৎখ্রে মতুদা নুমীৎ কয়ানা লৈশেম্মোনগী জগোই।
অচুম্বু, তুম্নি হৌজিকফাওবা
মৈফম তরেৎনা পুন্সিনখিবা মৈরী কয়াদি
মমীৎ তাঙবা
মনা পঙবা
যোৎকী অমম্বা শুরুং মচুংদা
অঙৌবা নীংথানা যোমচুনা নাউশুম্নিবগী মঙলান্দা
মশাবু মৈরীনি কাউথোকচনা।
চাইথরি শুরুংসিগী খোঙজিন্দনা
মচাগী মপুরোইবগী মোংফম ফাওবা য়োৎনবীদ্রবা
মীংলুগী লৈ কয়ানা লোইবা নাইদনা,
লাউরি মীংকপ খোক্লো, মীংকপ খোক্লো।

১ এপ্রিল, ১৯৯৪

# অরোইবা মীৎকুপ

ঐনা হীপলি
শংবান্নরবা নাপীথক্তা
মোনখাঙনবত্না ঐগী চান্নবীগী
মোল্লবী মতমপাক,
মিরাংদা থূববা তীল অমা
মখোঙ মথূৎ ফি্ং ফি্ং কাওত্না
নাস্থোক্কে লাক্লে অমুক্কং মিরাংহুদগী।

থোংলবী মথূৎনা নাম্লকই
তপ্পা য়াম্না তপ্পা
ঐগী হকচাং কযাং শীনবা থুংনা,
মঙক্তা বরদিনগী থোৗরী থুরবা
অমুবা যণজাউ অমনা
চঙশিল্লরগা লেকলৈ মরৈত্না
ঐগী তাইফেৎ তাইরবা খোঙয়াদা।

মাগী তনিক্কবী চীনবাম্না
খোংলকই ঐগী কম্ববা চীনবাম্বা
তপ্পা য়াম্না তপ্পা,
বরদিনগী পুংখোল তারকই
হৌনা লানউা
দোং দোং দোং
তাহ্নগা
মিরাংদা থুববা তীলহুম্
মচী লেঙখিদ্রে।

২৭ এপ্রিল, ১৯৯২

## নঙগী মায়কৈদা

ইখোঙ ইখূৎসিদা
চেৎনা পুন্সিল্লবা
য়োংহ্লিং পূম্বা থদংলমন্না
থাংলকপনি খোঙসি
নঙগী মায়কৈ তম্না।
কাংলেনগী মৈযমদা মে ঈক্লবা হুংশা
নিংথমগী উল্লন্তা য়াওল্লকপা উনখাগী হুংশীং
ইঙেনগী পিরক্তা ঈহৌরকপা ঈচাও
মায়থীরে য়ানা লৈহৌরবনি ঐগী লম্বীদা।
লেপহৌরবনি মরু লুক্না
অথাক অরাওগা লোন্দীম্নরবা
শকওই চাত্রবা অহিঙ কয়াম্নু,
খোৗরাংবা মৈচাক পীবা নত্তনা
অঙৈংবা ঈরিক্তী লাম্থোক্তুবা
লৈকংলাগী অয়ুক হুংথিল কয়াম্নু।

[illegible]

সিমকুদা

থংচিল্লমে অমুক
নাকোল্লবা মুমিদাংবাইরমগী ইম্মিনা
লোইরোইনা কুপশীল্লবা চীংশাং নাপোমসিনা,
ঐ খঙই
নহাক শোয়দনা লৈরমগনি
অতিয়া পল্লবা চীংশাং নাপোমসিগী মাংমদা।

ঐহাক শোয়দনা লানগনি
মীৎকুপ খরগী তুং
অমম্বগী মথাদা যাহীপগ্রগন্নবা
য়েংখৎপগী লোইবা নাইত্রবা
চীংশাং নাপোমসিবু
অমুক্তং য়োবক্লবা নঙগী ননাক।

১১ মে, ১৯৯২

# অরোইবা মচুগী লাই

লৈকাং চারবা ফল্লাংদা য়াল্লিবা
খোঙচং কায়রক্লবা ঘল্লিগী কাতানা
চৎলী তুরোয় ঙামলোয়।
চমোৎনরবা চেনাশিংগী রাকৎ য়াওহ্রবা পুল্লিনা
য়াতারি উফুল থাংলবা
তেবল অমদি লৈমায়দা।
ঐগী ফমলী
ঐগী কেনভাসকী মমাঙদা মচী লেঙদনা।

ইফমদা মায়থীবতা নংখিবা অহিংনা
মায়থীবগী মীৎকুপ খুদিং হায়রম্মী ;
ঐদি নঙোন্দা খক মায়থীখিদ্রি
নশানা নশাবু মায়থীহনজবগী লম্বীদা
চঙসিনজবনি নঙদি নদোম।
নোংমতম্লু থিরুদে

ৱাহৈশিংতগী ৱাহন্থোক,
ওসিদি মখোঙনা থোংনা লাক্লুনা লেপ্লরে
লানঙম্বা লাম্মীগী মীনোক পুরক্লুনা।

যেংলুই নোংমতম্তু যেংথোক্লক্রবা মীহুৎথোঙদা ;
ফৌনাগী অশংবা কিরাৎপ্রিক্ষথক্লগ :
কোরৌহনবনা চাইথরকপা মনি মুক্তাশিংনা
শান্নমিন্নরম্মী নামিবগা ওন্ন-থোইনা,
কযাদা লাপ্নরবা কৌম্ব্ররক্লবা লানবনসিগা
উইশিলহল্লী মীহুৎথোঙগী পাঙলম্বা মমীং।
অরোইবা মচুগী অরোইবা লাই
পায়থংলী হক্লা থৃত্তা ত্রস
মীং চানরবদা কৌরকই ঐবু থ্লাম তোক্লনা
কন্নবা মচুগী মমি শান্নবা উপালক্লুনা
মমশীল্লবা কেনভাসকি লৈমায়দগী।

১৭ সেপ্তেম্বর, ১৯৯২

[illegible]

# অশীং অরাম্বা

অশীং অরাম্বাগী
চাউ শাংলবা মখূৎনা
চোকথবা নাইদনা থদংপদা
মরু পুমকোক কোক্লবা
উপাল ৱাপালশিংনা
পাম্বৈ লৈজত্রবা মওংদা
লেপলি মরু লুক্না তুমিন।

অশীং অরাম্বাগী থোরবা মচীন্না
নহা ওইবগী ঈরীক পূম্বা চিংথোকপিগ্রবা
অহল ওইববা তুরেলনা
চংলী মখোঙ থাংবোই থাংদবোই
মতুং হন্না য়েং-য়েংতুনা,
মংগী থাংঙমদনা থাংবা
খোঙথাংগী মখোলতুদা

জগোই শাই অশীং অরাম্বানা

চোং ফন্দুনা,

হুনগৎতুনা শান্নে

মথৎমক্না নমতুনা ফোয়দংপিরক্লবা

অকেনবা উনা য়ানাশিংবু।

৩ মার্চ, ১৯৯৩

## ঙাঁচেল

নাকেম্বানা য়াহীপগ্রবদা
অশি পুঙদা
য়েম্লিংথানা মমীং পাঙথোরকই
মমাগী ফৈরাথক্তা

চোইজাইননা কেনগ্রবদা
আচোংপা মৈথূগী মপাকশিংনা
চোংখৎলকই ময়োন
শংবাম্লবা অতিয়াগী।

হনগ্রবদা লাম্লীং
মায়থীরবা থাশিনা
চিংখৎলকই থাজনা
লানঙম ফিরাল।

২১ মার্চ, ১৯৯৩

## য়েম্লিংথা

নাকেম্থাগা নুংশি শকথঙনরুবদগী
মবোল মরাং তাকহৌরবা
উপাল ৱাপালশিংগী
কোম্থরবা আশাগী থোঙজিন্দা
লেপলৈ য়েম্লিংথানা
অনৌবা পুন্সিবু ফিগাও থম্না হাপত্লুনা।
অনৌবা পুন্সিগী অনৌবা নুমীৎ
শাংতোরকপদা ঙাযবিবা নুমীৎকি লৈনা
নাপদা চিনজৈ, থম্মোযদা কোনজৈ
অশিবগুম মমি শামল্লুববা মখোয়না,
থেক্ক-থেক নৌগ-নৌ
জগোই শামিন্নৈ মালংগী তাম্থাদা
যাত্রামিন্নৈ আশাগী ফিজঙ থাদরল্লুনা
অনৌবা য়েম্লিং
অনৌবা নুমীৎ।

৩ এপ্রিল, ১৯৯৩

## ঙান্নু থঙোং

লাকখিবনি ঐ
পাইরকখিবনি
মৈচাক করবা নোংমদোনগী পীবুকন্নুংসিদা
খোৗগংলবা লশিংগী ঙান্নু থঙোং ওইনা।
উখিবনি নঙবু
অমুক্তং নৈথাযখিদ্রিবা অঙাংগী মীৎষায়দা লৈবা
ইপাক্তু ওইনা।
শীংনগনবা ইশা অনীসি
খপকনি হায়বকাও নীংশীংদনা
লেঙ-ওত্তবা থরায পান্দবা মুংগুম
চুপ লুপখিবনি
নঙগী থম্মোয়গী ঈরোম্নংদা
নহাক্তু ঐবু
কয়াদা পামজনা মুংশিনা ওকখিবা
নঙগী ওইবা পুন্নমক কংলবংদ্র।

কাদোক অমগী শেরেং/৩৩

ঙাগী মপোকস্থ নংত্রবা ঐনা
নাচুংদনা শান্নখিবনি নঙগী ঈরোম্নংদা
নঙগী ঈরীকশিংনা
পূমচোং চোংলবদা ঐগী লশিংগী হকচাং
কোকখিবনি চহী কয়া হকথেংনরক্রবা
মৈশাগী মৈচাক
ঙল্লবোই নীংখিবনি ঐসে
উনগী ঙান্নু থঙ্গোং।
শান্নবমখৈ শান্নরম্নগা
ফাওগংলকপ্রদদি নঙগী ঊমায়দা,
কয়াদা তায়োম্নরমগ্রবা ;
তক্ল-তক্লনা উখিবা নঙগী ঈপাক
ওইরমলে ঙা ফাবশিংনা নৈখায়গ্রবা ঈপাক
মচী কয়াদা কীহ্নগ্রবা
নঙগী লৈবায়শিংনা
লৈনাংঙনা হাজিল্লবা নঙগী ইতিহাসপু
পাহ্লনা লৈরম্ন চীনফা পুনবা।
নডোম্দগী চূপশিনগ্রবা অনৈবা ঈরীকশিং
ফ্রং লাউনা অমুক্তং কনখোক্রম্নগা
পাইথংগ্রগে থল্লুই
নোংমদোনগী পীবুকন্নংদা হন্না

'থাংলাক অমগী শৈরেং/৩৪

অত্থু

নঙগী ঈরোম্ৎদা ঈতিল্লুবৈ
লৈখিরম্মে ঐগী থম্মোয়দি
নঙগী শিয়োমন্থংগী লৈহাও মরক্তা
মতোন চোংগদবগী ঙাইহ্নুনা লৈরবা মন্নগুম।
পুমমাঙ মাঙখিরমলে ঐগী
লুপা মচুগী থাবলদু শীঙ্গবা ঙম্বা কুঁচুংনু
অত্থুনা
ওল্লগনি হৌজিক্তী অমংবা নোং
ওইররেঃই অমুক লশিংগী এম্নু থঙ্গোং
পাইখংতুনা অহাঙবা অত্তিয়া মকোয়দা
খীকথরগনি মীংলুঁদগী অনৌবা ঈরীকশিং
নৈখায়বিগ্রবা নঙগী ঈপাকপু
অমুক্তং তরু-তরুহন্নবা।

২১ জুন, ১৯৯৩

## ঙাইরিবনি নঙতবু

নাকেম্বাগী তমথীবা মুংশিংনা
অশংবা মনা পুম্বা ফোয়দংপিরবা
উপাল ৱাপালশিংগী মপাম্লোমশিংনা
চোকথবা নাইদনা তিংথোক্লিবসে
নঙতবু তরান্না ওক্লবনি।

পোলোইফমদগী কারকপা মৈখুত্তনা
মোংহন্দুনতা লৈরবা অতিযাগা
নোং ওনঙমদ্রবা অমুবা লৈচিলনা
লাংতক্লনা পাইরিবসিহু
নঙতগী মায়কৈ য়েংলিবনি।

ওল্লাংথাগী কল্লবা মৈশানা
হৌজরম্বা নাপী পুম্বা মৈরায়বিরবা
শরুম্বা ঈশৈ লেপএবা লমহাওশিংনা

ঙাঙলৈনবা ফিরাংজিতা তিংথোক্লিবসিন্থু
ঙাইহিরিবনি নহাক্না খোঙদারকপা।

কুমদমত্থনতা লৈরবা নোংহৌগী
অকনবা ঈচাওনা কয়ারক নীংথায়গ্রবা
মীংলুগী লৈরায়শিংদগী
পাথরিবা ঈচেলশিং অসিন্থু
থৌরাঙজররিবনি নঙগী হকচাংবু শোকচনবা।

অত্থবু নহাক্তি
লাকপা কৌবা মরৈত্রি।

৩১ ডিসেম্বর, ১৯৯৩

# ঈথক অমদি থম্বাল

ঈপাক শীন্না কাপলম্বা
অঙানবগী মখীং থীঙমদ্রবা তেনজৈ শিংনা
হঙ্গিনখ্রবদা তেনদোংদা ওন্না
মমীৎ পাঙথোরকই
অমম্বদা য়াভারবা ঈপাক্কী ঈথক।
অঙানবগী থৌদ্ববা তেনজৈবু কিহ্নুনা
ঈরোম্নংদা লোৎচরবী থম্বালম্হু
শাংকাযবক্কই মকা ফন্না ঈযাইমক্তদা।
অঙানবদা লৌরিবা খোংনাং মনাগী থূবাকশিংদা
থেংজিন্দুনা শান্নরম্বা নামীবম্হু
হুমাং তাবমখৈ চেঙ্গরবই ঈপাক তন্না
অহুগা শকচীন্নে ঈশৈ
ঈথক্কী নাকোংদা
থম্বালগী নাকোংদা
অনৌবা ময়াই হাপ্লহুনা।

হেন্না হেন্নাময়াই কাখৎলক্লিবা ঈথক্লা
য়োংশীন্দুনা শান্নে থম্বালক্তুবু
হেন্না হেন্না শাংকায়রক্লিবা থম্বালক্তুনসু
থকচিন্দুনা শান্নে ঈথক মাবু।
মখোয়গী শান্নবুংদগী
তাইবঙ খোঙ্গদোইরকপা কোঙ্গোলশিংনা
মনীংতম্না খোংশাল্লকই ঈপাকথক্তা
অরোইবা য়ারীগী লমখৈ তম্না।

মীংকুপ কয়া ময়াই কানা শান্নরম্বা ঈথক
চোকথবতুনা উইশিল্লকই পাঙলম্বা মমীং,
পুমচোক চোকথববদা থম্বালসু
লুপথখি ঈবোম্মংদা হন্না
শাংকাহরুবা লৈনাশিংবু তমুক খোমজিল্লবতুনা।

১৩ জুন, ১৯৯৪

## পুন্সি

লীংলিবা ফুরিংকী কুদাম মথং মথং তংখি
শেংগায়রকই মচা-মচাদস্থ মফোল খোকপমখৈ,
শেংলিবা খোঙ্গাওহনি।
পুন্সি হায়বসি কযাদা মথোঙ হুকখিত্রবা
মীংকুপ অমত্তস্থ মরী লৈনহনবা ওমত্রি
চীনবানগা পুক্লিংগা
মীংকা থম্মোয়গা।
অমুক্তংদি নোক্লিংই মকা লাম্লা পুন্সিগী দমক
মীনোক্লুদি কদায় নোক্কবা ?
ওইজবা থিবা অপাম্বা তানবা
অত্তুদগী নমথাক চীরোল
পুন্সি হায়বসে অপাম্বা থাজবা কয়াগী মোংফমনি,
অত্তুনা ঐনা হোংনৈ লৈরোন চনশিনখিনবা
পুক্লিংগী অপাম্বা থাজবা কয়াবু
তমথীরবা মোংফম অসিদা।

## য়াওল

মচী কয়াদা শেগাযরবা
মল্লবা চহীগী কাওখল মন্নুংদা
নীংঙায়দনা মও মওলম্বা লৈচিন্না
মীৎকপ থোক্লবা তুং
তঙা-তঙা য়াওল্লকই
পাল্লবা ঈপাক্কী ঈথক ঈপোম ওইনা।

থা অমা থোক্লকই
অশেংবা পূন্নমক্তগী অশেংবা ওইরবা
অঙাংগী মীনোক্লা ফিজেৎ লৈতেংলহ্লন',
অহুগা
খোংদারকই অতিয়াদগী ঈপাকথক্তা,
তিংথোরকই ফিগাও হুপা মচুগী
মোল্লবা মথুংতুনা
হাপচিল্লী ফিগাওন্নুংদা

ঈথক ঈপোম অমগী মথংদা
ঈথক ঈপোম অমা।
মতৌহৃদা
মলবা চহীগী কাঙখলনা
মোং হাদনা শন্দোরকই
মালংবগা মায়য়োক্লবা মুজাগী শম্লাং গুইনা
থাগী কোক্তোন্দা
ঈপাকী মীৎলমদা।

১৮ জুলাই, ১৯৯৪

# মণ্ড

ঈরোইতুনা চংলম্মী ঐনা ননাক্তা
তাংথক নাইরবা
ফৌনাগী অশংবা ঈপে'মথক্তা
লুপাগী উরোক ওইনা।
ঙাইরত্তনা লেপ্পম্মী নঙনা কৌরকপা,
নোংজাবীগী কোকথুম কুপশীল্লবা
মঙ্_া মচুগী চাংশাং নাপোম ওইনা।
য়াতারম্মী নঙগী নাউত্তম শৈহেকখোন্দা
গেরুবাগী নীংথানা য়োম্লবা
ফৌগী চরোং ওইনা নতমপাক্তা।
লীক্লাগী অচোইবা মণি মুক্তাথক্তা
ওইনহুনা চংলগা ঐনা তুংহন্না
কৌরম্মী নঙনা নথুং তিংথোক্তুনা
খোম্লাং ঈহৌরবী মমা ওইনা,
লৈতেংলহুনা মায়থোঙদা য়াক্কেরকপদা ঙাম্লরিবা কোরৌহনবনা।

১৪ অগষ্ট, ১৯৯৫

## অশিবা

নহাক্না অরোইবনি থন্দুনা
কয়াদা কিকবা ঐনা নঙবু
নহাক্তগা থেংনজনবা হোৎনবদা
লাল্লকখিবনি চোকথবা নাইদনা
শারবা লৈঙোইলম
থাংলবা চীংজাও
পাক্লবা ঈপাক।
য়োমশীনখিবনি মরোল করা
অকাউবগী ইন্নফিনা নঙবু,
অদুবু
নহাক্না ঐগী অকাউবগী কিরোগ পুন্না
শেগাযতুনা লেপ্পরবা অসির্দদি
ওইরন্নে অরেম্বা নঙোন্দগী থাথেনবা হোৎনরবা।
নঙোন্দগী লাপথোক্লবনি থম্না থাংলকখিবা থোঙমে
থাংলক্লম্নে নঙগী মায়কৈতা তম্না।

১৬ আগষ্ট, ১৯৯৪

# বনমহৎসব

উ থাই বনমহৎসবতা
লৈখোম তৈদবা মীশিংনা
মখোয়দি উ থাবা য়াম্না হৈ,
চেক্কী দলান্দসু মুঙগী য়ুমথক্তসু
উ অতুম হৌহনবা ঙম্মী।

চহী খুদিংগী বনমহৎসব
ফন্দোরকপা মশা মরেংনা
পুংমং মংই মাযকৈ মবী,
লৈংশীল্লকপা ঙমদ্রে মুনীংকি মঙাল
অপুঙবা উনাশিংগী মরক্তা,
য়ানবা ঙমদ্রে মশা অমত্তসু
লায়রবা শীংজনবনা,
ঙমদ্রে কায়দোংবকাও
পামেল ফৈরাথক্তা য়ারেকচবা উচেক-স্বায়ানা।

ভারতকি য়াম্নবা চীংয়া তম্ময়াশিং
শম্মজাবীনা চারবা
মীগী কোক ওল্লকই,
হিংবগী কোল্লুনা চপথায়রবা পুন্সিংগুম
ময়াঙ কংথরকই হিমালয় চীংজাংশুং
মৈশাগী কোল্লুনা শুমথরকপদা,
কূপশীন্নকই লোইরোই লোইরোই কাইথুমক্কিগুম
লৈকংলাগী ইম্নফিনা ভারতকি হকচাংদা।

উ থাই বনমহৎসবতা
লৈথোম তৈদবা মীশিংনা
অঙৌবা লৌবুক্তা
অঙৌবা চীংমায়দা,
মখোয়দি উ থাবা য়াম্না হৈ
চেক্কী দলান্দসু ময়ুগী য়ুমথক্তসু
উ অহুম হৌহনবা ভন্মী।

২৪ মার্চ, ১৯৯০

# শাহৌ ফরবা মুঙ

লেপ্পা লৈতনা
শাহৌফনা চাউখৎলক্লিবা মুঙ
মুঙ অসিদা হৈকৎ লৈকৎ তপ্মী
মী খরনা মঙক পঙনোন্দা নোন্দুনা
মরী লৈনদে খঙলবস্থ মখোয়গী পুৱারীগা।
মী খরনদি অমুক
মুঙ অসি উবদা পঙশাউদা শাউই
লেপতনা চাউখৎলক্লিবা মুঙ অসিগী খনবদা
মখোয় মীৎকুপ অমত্তা লৈতাবা ঙমদে
মখোয়না পাপ্পী
মখোয়গী লৈফম মুনগ্রগদবা
মুঙ অসি কদায়দনো অমা ইষ্মোক্লুনা মাঙহনখিবা
অহুনা ইল্লী। মপাঙ্গল মথৌনা ফুদোক্লুনা।
ঙাকই মায়কৈ অমদনা মচী লেঙদনবা
মুঙসিদা মঙক নোঙ্গরিবা কাঙবুনা।

ইস্পোকপা
ইনশীনবা
অঙম তাম্লে অইনবগা অঙাকপগা
পাক্লবা চহীগী লমহাংদা।
নাকল অমনা ইস্পোকপা
নাকল অমনা ইনশীনবা
নাকল অমনা ইনশীনবা
নাকল অমনা ইস্পোকপা
ইস্পোক-ইনশীন খুদিংগী
শাহৌ ফগৎলক্লিবা মুঙসিনা
তকথৎলি, ননশিল্লী
অইনবা মায়কৈগী মী কয়া।
মুঙসি মীগী ঈ-তনা মচু 'শঙলে
সিমক্তদা ইনবদি অহূম ইল্লী
ইশ্বোক্তুনা অমুক্তং মাঙহন্নীংবনা,
অঙাকপনসু অহূম ঙাক্লি
মংক পঙনোন্দা নোন্দুনা।
মুঙসিদি লেপ্পী লৈতনা চাউখৎলক্লি।

২ এপ্রিল, ১৯৯০

## নঙগীদমক হিংজনিংই

ইমা,
নঙবু অকনবা পোকপীনি
অথোবা য়োকপীনি হায়বদগী
অদুবু উদে মীৎমাঙসিদদি
মখোয় অমত্তন্থ
শুপ্নতগী তীনফা কাকফৈ শঙ্গ্ৰ'ঙ্গল,
লেঙ লেঙ চৎলী
অশাবা ঈথেং থিরি,
অদুদগী
চুপলি ঈ য়োমশীন্দুনা
নঙগী হকচাং কয়াংশিংদগী।
ঙক্লিবদি
থম্লিবহুনি নঙনা চেৎনা কোয়শিন্দুনা
নঙগী তইংলবী নথাম্নুংদা মখোয়বু
হুংশিজরবা নচাশিংনি হায়দুনা

কাংলৈক 'অশৈগী' শৈরেং/৪৯

অহুবু
ঐদি হংনিংলি
মখোয়সিবু নঙগী অশেংবা নচা ঙাক্লরনে?
ওইবা তারবদি
ঐসে নঙগী নচা ওইরমদবনা কৈ
হেম্না কৈ পোকপীরমদবনা
লাইবক চাওবী নঙগী শিয়োমহুংদগী।

মরমদি
নঙোন্দা ওনশীন্দুনা
অশাবা ঈ থরুবগী থৌনাহু
পীবিরমগ্রে ঐগীদি নঙনা,
ঈখেংতা থকপনা
হৈনবী ওইরবা মখোয়না
লেপ্তনা ঈ চুপথোকপদা
তুরোই ঙাম্নোইররুবী নঙবু য়েংলগা
লাউরি অমুকস্থ
থৌনা ফুদোক্লহুনা;
থারগে থবায়সে নঙগীদমক।
মখোয়গী থৌনা
মখোয়গী খোল্লাউ
অশেংনমক চুমবা হায়বহুন্না?

খুন্নু ইমা
মসিবু তশেংনমক চুমবরা ?
অদুবু,
ঐদি ঙমলোই
ওকঙম ঙমলোই
নঙগীদমক হিংজবসি নংতনা
নঙগীদমক শিবদি
সিবু পাঙদবনি, চীরোলনি হায়রবা তারবদি
হে অকনবা পোকপী
অথৌবা য়োকপী
মপোক মপোক কয়াদসু
পোকচত্ররোই ঐ
নঙগী নচা ওইনা।

১০ অগষ্ট, ১৯৯০

## চুম্বরো নোং ওন্দুনা

তশেং তশেংলম্বা অতিয়াগী মাংখোওদা
অমুবা কালি তৈশীন্দুনতা লৈরবা
লানফম কয়াগী মৈখু ঘঁপেসে
অমুক্তং ওলহল্লিংই নোং
অত্তুগা চুথহল্লিংই
মীওইবগী থম্মোয়দা তুংশীল্লিবা
কল্লক য়েংথীনবগী
পাংথী-কোমথী মরক্তা,
নোংজুহ্না
অমোং-অকায় পূম্বা তাউথোকখিহ্না
তক্ক-তক্কবা ঈশিংনা
চপ মান্না তুংহৌরবা
থম্মোয়শিংত্তুগী ঈমায়দা
য়েংহল্লীংই অমত্তা ওইনা
তশেং-তশেংলবা অতিয়াগী

[illegible]

শংবাম্নরবা ফিজ্ঞঙ'থাদা
খোঙদোইরকপা কোরৌহনবগী অমেঙবা মশেক্লা।
মশেক্কুনা য়ৈবদা
থক্তোরক্কনি অমুক ঈমায়শিংত্নদগী
অনৌবা পূন্নমক্তগী নৌরবা মঙাল
য়ৈরুগনি মঙালত্নুনা শোয়দনা,
লাম্মৈ নংঙ্গ্রবা চীংমায়শিং
ঈকং মায়য়োক্লগ্রবা তুরেলশিং
তুংওইননা শাখপ তোয়গ্রবা
লূপাগী খুন্নশিংত্নগী মমীংতা
অনৌবা তাইবঙগী ইঙ্গিং পীরত্নুনা।
মতমত্নদা পাইরক্কনি
লূপাগী খুন্নুশিংত্নুনা
ঈ তৈরেবা মালেমগী
উনা-ৱানা, নাপী-শীংনাশিংদা
অশংবা ইন্নফি কূপশীন কূপশীন্দুনা,
অত্নগা পাইশিন্দুনা তোংলগনি
মীওইবনা শেম্বা সনাগী ফৈরাশিংদা
অকি তুক্তুংবা অমত্তা য়াওদনা।

২০ অগষ্ট, ১৯৯০

## নঙোন্দা ভোং পীনিংদে

ঐ নঙোন্দা ভোং পীনিংদে
গুকপী পীনিংদে,
লুপা চাম্মা চনীদফাও পীবা ঙম্মদবা
মীগী মমল খঙদবা
নঙনা মস্তি ওইরগবু
ঐগী কবি তৌবিরনি ?
নমান - নমান্নবনা
লীশীং লীশীং য়েল্লিসি
নমীংতুবু উঁদত্রা ?
ঐ নঙোন্দা ভোং পীনিংদে
গুকপী পীনিংদে,
কাক মখোঙ পুথবা নম্মহুফাও
শেমজীন্নি খঙদবা নঙনবু
লৈবাক্কী করি শেমলক শারকনি ?
নত্থু নচাগী মঙক্তা

সনাগী মরীদি লায়রক্লা
উরিক অমকাও শিহনবা ঙমদবা নঙনা
ঐগী ইতু ইচাগী
করিবু তৌবিরদগে ?
ঐ নঙোন্দা ভোং পীনিংদে
শুকপী পীনিংদে,
হুরানবসু হৈতবা
মীহাৎপসু ঙমদবা
নঙসে মতীক শুকচা চাদবনি।
নোংমৈনা কীং কীং নমক্লনা
অশোনবা থরায় কয়াবু
খোঙ্গাওবী শান্নবা ঙম্বা
মঙোন্দা ওইনা থাজগে
লায়র অনং
অতোন অতা
লৈবা ঙমদনবা লৈবাকসিদা।

২ ডিসেম্বর, ১৯৯০

## তাবদি তাম্ব

অমম্বসিদা চংলী
অমম্বসিদা থিল্লী
থেংনবদি থেংনদে,
তায় খোঞ্জেল অমদি
কল্পা লাম্থেংনরিবা লানফম অমগী।
চমথংনিংবনি মৈরা অমত্তুংদি
অমম্বসি কোক্লবা
চমথংপদি ঙমদ্রি অমুক্তুন্নু,
য়েংনিংবনি অমুক্তুংদি
থূদিংমক উনবা
ইমীৎসি পাঙথোক্লুনা
পাঙথোকপদি ঙমদ্রি নোংমতন্নু,
হায়নিংবনি খোঞ্জেল থোক্লা অমুক্তুংদি
থম্মোয়দা হুংশীল্লিবা পেন্দবা পূম্বা
ভাঙথোকপদি ঙমদ্রি নোংমতন্নু।

লাঙ্গোল লুখোই

কোনোক থেঙ্‌্‌া

চীংৎ্‌ খোংনাংথাবা

মাযচৌ মখোয ঙন্নমরুদি

হায়রম্বনি

চীংলোন মাপনবু খোঙ্খাং য়েহন্না,

'লৈহৌবনি

মফমসিদা লৈহৌবনি।'

অতুনা

অমম্বসিদা চংলী

অমম্বসিদা থিরী

থেংনবদি থেংনদে

তায খোঙ্গেল অমদি

কন্না লাঙ্থেংনরিবা লানফম অমগী

৬ ওক্তোবর, ১৯৯১

## মী

খোইহীনা তঙাংলবা নচীনবান্দুনা
অশাংবা অতিয়া মকোয়দা
পাইহন্নিংই হায়গন্নু অঙৌবা খুন্নু,
তাং তৌদুনা লোংশীন্নিবা
মুত্তক মুবা নরৈদ্ধু
শোয়দুনা অমুক্তং তিংথোরক্লবদি
চেত্থোরক্কনি ঈচেল ওইনা
নথশোয়দা কুমলিবা ছু মথে।

নসাগী নত্তনা অতৈ কনা অমত্তগী
ফিন্নাল য়ুংহন্নিংদবা মালেম লৈসাসিন্নু
চাথোকউ লৈশৌ ওন্দুনা
অত্থগা লাউজো ঐসে নিংথৌনি,
ওইজ তানবা লীচংকি
অমুবা থাকন্দু থনগৎতুনা।

৮ মে, ১৯৯২

## তৌবিমল

নঙনা তপ্পি তপ্পি চংলম্মী
খোরাংবা মীংয়েংনা য়েংহুনা
মীয়াম্মা পল্লোন নাইগ্রবা
লিলা শঙ অসিগী অকোয়বদা ।
নতৌপ্পদা হুংশিরহুনা ঐনা
পমথংলুই নঙবু
থাঙ্গংলুই ইরেংবানসিদা
নঙনা উনিংলিবা লিলাহু উজনবা ।
লিলাহু হেক উরকপগা নঙদি
ঙনথ্রে য়োং
ইরেংবানসিদগী কন চোংথংখিহুনা
নেংলম্নগা ইকোকসিদা
চোংশিনথ্রে লিলাগী কম্বাক্তা,
মীচং লৈজদবা মতু শোনজবা কয়াবু
হুনজিন হুনজিন বলি তৌরিবা লিলাহুদা

শঙলিংবগী শক্তম লাংলত্রনা ।
শঙলিংবদা শঙলিংবা ওল্লবদা নঙনা
হায়রকই ঐঙোন্দা
ঐনা বলিগী শা ওইনবা
ঐনা ময়াম্রবদা চৈরকই নচীন্দু পেম্না
ঐবু নঙগী লম্বীদা লৈরম্বা
তিংখং তুম্বৌ ওইনা উরবা
নমীৎ অনীত্নদা
তৌবিমলগী মৈরী চুখৎলক্লনা ।

১০ মে, ১৯৯২

# ঐগী য়ুম

ঐগী পীক্লবা য়ুম
য়ুমসিগী উখোঙশিংদা
মনীংতম্না চীকই শূমশিংনা
কড্রক-কড্রক, মশক্তি উইন্দনা
মনুংদা ময়োলদা পাঙ্গল শক্তিগী মরলনি
লেপ্তুনা চীকথংলক্লিবা ।
ঐনা থীল্লী মপান্দা দোং দোং
তৈশীল্লী থাউথী
হৈজিল্লী উখোঙ খুদিং
ফজবগী মমি পুম্বা মাঙসিল্লকই
ঐগী পীক্লবা য়ুম।
কড্রক-কড্রক চীকপদি অসুম চীক্লি
উপাইদি লৈতা মুংনাংই, লাংতক্লে
ওন্না চীকথংপা লোইশ্রবদি উখোঙশিংসে
করি ওইরগবা ঐগী পীক্লবা য়ুম।

১৫ ফেব্রুবারি, ১৯৯৩

খাদোক অমগী লৈরেং/৩১

# ইম্ফাল

মতম অমদদি
নতমপাক শীন্না চেল্লীবা
নওগী য়াম্লবা ঈচেলশিং অসিদগী
কংজবা ঈরিক্তনা
যুগায়না শাৎচরম্মী আশাগী লৈ কয়া
পুন্সিগী লৈখোক্তা
হয়েংগী মঙলান্না লৈনা ওইনা য়োম্লতুনা।

নতমপাকসিদা হনজিন হনজিন
পোকখায়রক্লবদা বোম
কাপ্পরক্লবদা নোংমৈ
থৌরী চিংনখি অশি অচঙ,
অহিংবগী থৌরী লীশাংদা
চেৎনা য়ানজরম্বা পুন্সি কয়া
খংচিং খংচিং চিংসিনখি অশিবনা

মাগী লমখৈ তান্না।
অতুগা হুকচিনবীরম্মী নঙগী ঙকশমদনা;
কম্মৎপিরবা আশাগী লৈশিংগা
নমতুনা শাংকায়হল্লবা
তোংশা মচেৎ মচেৎকি লৈশিংগা
পুনশীন্দুনা লেংবা লৈ পরেংনা।

ঙসিদি
পাউখুম ফংদ্রবা ঝাহংগী কৈশুমশঙদা
থেংননীংখিদ্রবা অশিবগা
হনজিন হনজিন লেংথৈনহনবিরবা
মিপাইরবা পুন্সিশিং অসিনা
উরক্লে, মরাল করিগু লৈজদবী
নঙগী ঈচেলশিং অসিবু
অশি লমদম তান্না পুগদবগী ঙাইরিবা
য়াইতম্নবা ঈচেলতু ওইনা।

নঙগা নক্লবা য়ৌনা কিরবা
থল্লায় মচা মচাশিংসে
লাক্কবদি ঙমদে নোংমতত্থু ননাক্না
শিন্নফমনি নতমপাকসে মখোয়গীদি

মকম কৈদা থারকম লৈত্রবা
লুম্বা পোংলুম করা পুন্সি খোঙচংকি।
য়াওরিবনি
নঙগী হুমিদাংগী তেঙালি মরক্তা
অয়ুক ঙুংথিলগী উফুল মরক্তা
মখোয়গী পুন্সি য়ারীশু।
অতুনা লাক্লি মখোয়
চৈথেং অমদা খঙহৌদনা কেনখিবা য়ারিবা
তনিক-তনিক্লবা থবানমিচাকপু
থম্মোয়ন্নুংদা চেংনা কোন্সিন্দুনা।

লানজদবী নংগী হকচাং কয়াং খুদিংদা
মীহিং চাবগী য়াবীতবু ইশীল্লগা পেন্জরিবা
লোইনাইদনা ঈগংশু তেমশীংলিবা
তেমথীরবা খুংশিংসে
কবিগীনো হৌজিক কাওবা থংদক্লিবা?
ওইরব্রনে নহাকপু অনীংবা অপাম্বা লৈজব্রবী
পাঙ্গল শক্তি য়াওব্রবী'
অদুবু ঐদি খক য়েংবা ঙমলোই
অচৌকপগী থারবা পল্লোমংদা
নহাক্না নাইতোম তারবা মোংফম ওইরকপদুদি

২৮ ফেব্রুৱারী, ১৯৯৩

# লান

নোংমদোন্দা
য়ুমশিংনা মথক মখা ওন্থোক্লুনা লৈ।
হকচাং কয়া উং ওলহৈনখ্রবা
মৃৎনাইদ্রবা মৈকম্দগী কারকপা
মুহুক মুবা মৈখু মপৈনা
ফাওদাক ফাওজিন শাম্মরী
মম্নুংদগী মপান, মপান্দগী মম্নুং
য়ুমশিংতুগী থোক্না য়াওদ্রবা
থোঙ থোংনাওশিং লাম্মা।
মখাদা
লান কয়া নংখ্রবা
অহল ওইববা লানবন,
লানবনসিগী মনুংদা লৈতাদ্রবা মীশিং
মখোয় কদায়দনো'মা চৎনিংলবনি
অত্তুবু লম্বীদি লৈতে

কাংলাক অমগী শৈরেংশিং

লান

লান অম'মুক লাকই
চোংশিল্লকই নোংথাংগী শাফি লানফি শেৎপা
শকওই চাদবা লাম্মী কয়া
লাম্নংতুনতা লৈরবা মখোয়গী মথক্তা।
চৌইথোরকই
মায়য়োক্লরুবদগী মায়থীবনা নেৎথৎপিগ্রবা
নুংশা কয়াগী হকচাংদগী তোংশা ম.চৎ মচেৎ,
তোংশাশিংতুনা কোয়না পাইবকই
মরায়বক্তা অমুবা চন্দন নমতুনা তৈশীনবিরবী
লুপী কয়াগী অকোয়বদা।
কংবা নাইদ্রবা মীৎলুগী অশাবা ঈচেলদা
হঙ্কিন হঙ্কিন চোংথজববগী তুং
মুপীশিংতু তপ্না তপ্না ভৈরবী ওল্লকই,
মশানা মশাগী মশম
কোগোক কোক্লা ফোয়দৎচরগা
মথং মথং শমজিন্নৈ
অতুগা ঈমথৎলি কৈরাক ওইনা
নোংমদোন্দা মথক মথা ওষ্ঠোক্লনা লৈরিবা
মুমশিংতুগী খোঙ খোঙনাও তন্না।

১০ মার্চ, ১৯৯৩

## শিরুরবশিংনা হিঙ্গৎলকপা

মশানা মশাগী মমায়দা
অমাংবা থানা থানা তৈশীনজরগা
মমাগী নমথাঙ চরৈবু শেগায়বা ঙম্বা
অরায়বা সনা ফিগে থোনবশিংহুনা
লৈকোলসিদা চেন চোংহুনা শান্নজরবা
মচু মচুগী থরায়শিংহুবু
ফা ফাহুনা নমশীনখি অতন্ননা
চীংলোন বাংমদা শাগৎলুবা
মশাগীনি কাউরবা মথম্মোয়গী কুশিংহুদা,
অত্থগা লৈরোন চনশিনখি
লেপ্পাইদবা মতমগী পীবুক্লুংদা
থোশাদবগী কোম তৌর তৌরহুনা।

ঙসিদি
নোংঙাল্লমদাইসিদা

কাদোক অমগী শৈরেং/৬৭

লৈরোন চনগ্রবা
অশিবা ওলহনগ্রবা মখোয় পুম্বা
থৌশাদবগী থাগ্রবা লৈরোন কয়াতু থিনগাইহ্নুনা
ফাওগৎলক্লে হিংনা হিংনা,
শাল্লবক্কে চেন চোংহ্নুনা
মৈগী নুহুপ উপ্পা
চৌংদোন তমলক্লিবা কোবৌহনবা কযাগী
লৈনম্মা হাববা থম্মোয়গী লৈকোলদা।

১৬ এপ্রিল, ১৯৯৩

# ওক্টোপস

মখোযনা খোযদানা শাজবা
রাং চাউববা যোংকী মুপীনিগী
লরাই লেমক্কুদগী কামথোবকপা
অমুবা মৈখুনা কূপশীন্নবা শান্বুংসিদা
মখোযনা শান্নমিন্নে চেন্না চোংনা
মুপীত্রনা পোক্লকপা যান্নবা মচাশিংগা।
শান্না শান্ননা কামথোরকই অমুবা মৈখু
মুশাহুগী মচাশিংহুনস্থ মখোযগী অমাংথোডদগী।
মমা অমদি মচাশিংগী
অমুবা মৈখুশিংহুনা তিনসিন্নরগা
ওল্লকই মথূৎ থূদিংদা মচীন পানবা
মখোযনদি উদ্রবা চাউরবা ওক্টোপস অমা
তিংথোরক্ক। মশাং থীউমদ্রবা মথূৎশিং
চূপ্লকই ঈ তপ্পা তপ্পা
হয়েংগী করি খন্দনা শান্নরিবা মখোয়গী হকচাংদগী।

১৯ এপ্রিল, ১৯৯৩

## লাইনা অমুক নীংহনবা

হৌজিক্তি ঐখোয় লাই নীংলুবগী কান্নবা লৈত্রে
ঐখোযবু চানবীনবা থৌজ্ঞালবীনবা
ওক পাঃনোন্দা নোম্বা
অথেনপোৎ পওকৎতা কৎপা
মানা ভুমিন্নতা লৈবা,
খ্বাইদগী ফবদি লাইনা অমুক নীংহনবনি।
মাবু থাগৎপিনবা মমীং শোনবীনবা
ঐখোয়দা ব্বানোমহন্দুনা অথেনপোৎ কৎহম্বজুনা হেম্মা ফৈ
ঐখোয়না মখোযবু থৌশাদ্রবদি
মখোয় শোয়দনা লাক্কনি ঐখোয়গী নাক্তা
মাগী মাগী ইজ্জৎকি য়েংনজুনা
হাযজ - নোঙ্গরক্কনি মীচঙ ওইবীনবা
পীরমগনি ঐখোযদনা অথেনপোৎ হুংঙাই ম্বাইফনবা
মরমদি মখোয়দি ব্বাত্ত পাদবনি
ঐখোয়তনি লায়ব্র চুদৎনবা ওইব্বিবা।

২৯ এপ্রিল, ১৯৯৩

## মীহিংচাবা ইতিহাসকী ঈথক

ঈচেল নাইবা ইতিহাসকী ঈমায়দা
খঙহৌদনা লেপখৎলকই
ৱাং চাউরবা ঈথক অমা
অহ্নগা চেনখৎলকই তোর্ব্বান লান্না
ময়া লাওনা কাথোক্লহ্নুনা।
থৌরাঙ করিগু তৌহৌদবনা
মিপাইনৈ, থরক হুনগৎনৈ
তোর্ব্বান্দা ঈংনা চীক্লা
খুন্দা লৈতাজরব্না পুন্সিশিং।
উনা উনা
য়েংনা য়েংনা
চাথোকখি পুন্সি কয়া
হিংচা য়াইতম্বগী লীচং পুরবা ঈথক্লা।
অহিংবা তোংশাগী মহাউ
অশাবা ঈগী ময়াই

কালোক অনৌ শৈমরং/৭১

ঙম্না খঙলবা তুং
হম্বখি মীহিংচাবা ঈথক্তু
মায়পাকপগী অনৌবা ৱারী অমমুক তিনশীল্লনবা
ইতিহাসকী ঈচেলদা,
থনম্মী তোর্ব্বান্থক্তনা
চৈনাখোলত্রনা য়োম্লবা
শক্ত মপৈগী ৱারীত্মক।

৩ মে, ১৯৭৩

## নোংমৈ মরূ

হে অশৈবা
চহী কয়া লেপ্তুনা চুবকপা
নঙগী শৈরেংগী নোংলীকশিংনা
ভুংহনবা ঙমদ্রে
ঈরিক অমক্তু
লৈকংলা ওল্লক্রবা থম্মোয়শিং অসিদা ।
ঙমলম্লবদি ভুংহনবা
নৈথায়রনদবস্থ য়াই
ময়াই কারবা শাম্ন লমশাশিংসিনা
হয়েংগী আশানা কোকথুন্নঙ্গরিবা
নৌরিবা পাম্বী মচাশিংবু ।
তাবমদবস্থ য়াই
অচুম্বা পামন্থবগীদমক
তিংথং পাল্লবা ৱায়েনঙ্গৈনা
শিংনা শানা ক্নথৎপিরবা

ঈহিং নাইহিং শারবা
লানজদবা থবায়শিংগী নাহেখোল।
পেন্দে, য়ানিংদে
অহুবু
নণ্ডদি চৎলি মোংহাদনা
নণ্ডগী শৈরেংতনা শেমজবা
মচু মচুগী লৈচিল মরক্তা
অনৌবা থ্বিবগী খোঙচৎনি হায়না,
ঙাকলমদ্রে মীৎকুপ অমত্তম্ নণ্ডনা
বাং চাউরবা ফুরা দলালশিং অসিনা
পীক্লবা খাংপোকশিংবু
শিংকুপ শানা নেংখাযনবা
ৱাংনা থাংগৎলক্লিবা লুম্বা মখোঙশিংব।
উবমদ্রে
মতমগী লানমৈ মরক্তা
তাঙ্গোই ওনগ্রগদবা নণ্ডগী লাংজিং মতোন
খ্ৎশেমগী ঈচাওদা
ঈৱাক্লহুনা মাঙগ্রগদবী নণ্ডগী পাৎশোই মুরাবী।
মন্নী লৈনদে
নণ্ডগী শৈবেংগা
মৈচাক ফরগা মৈ

থৌনা মাঙগ্রবা মৈ
পুংমুৎ মৃৎগ্রগদবা অন্ত্রোগী মৈগা।
নঙদি অশৈবনি
লোইবা নাইত্রবা খোঙচংকি।
কাউদ্রি
অঙৌবনা নেৎথৎগ্রবা অমুবা জাতিচুনা
জালিয়ানবালাবাগকী মীহাৎ,
ইউনিয়ন জেককি থৌরবা ফিরাল চৈখোরা
লেংথৎখিবনি নীংতম্বা পামজবা থবায়শিং,
মতুনা লাউহনখি বন্দে মাতরম
ঙসিসু খোম্থাং য়ৈরী বন্দে মাতরম।
অতুগা
হে অশৈবা
নহাকীনা করি?
হৈবাঙ্গোইথোং, পাৎশোই, লাংজিং, ওইনাম
অশংবা নীংথাদা
অঙাংবা ঈখেং
নৌবিবা লৈয়োনশিংদা
বুটকি মমি,
কোয়পাই পাইখি নঙগী শাইজিন শয়াদা
শিঙম নাঙমখিত্রবা মখোযগী থবায় মিরেলনা

অদুবু
থোরাঙ তৌখিব্রা
ঈরাওখোল পুবা ঈচেল অমত্তগী
নঙগী শৈরেংগী নোংলীকশিংনা ?
তৌখিদে
তৌগেন্থ হোৎনখিদে,
অদুনা
হৌজিক্তি হেন্না মমল লৈ
নঙগী শৈরেংদগী
চেঙ মুৎ অমনা
নত্রগা
মথৌনা ফগ্রবা নোংমৈ মক্ক অমনা
মরমদি,
অহিংবশিংগী অপাম্বদি
হিংববু ঈনোৎ হাপ্পা ঙম্বা
অহিংবা ঈশৈ তাবনি।

১৩ জুন, ১৯৯৩

# তখেল্লৈ নাচোম

ইনথংলকপা মতমগা লোন্দীন্নবা কুইজত্রিবী
হয়েংগী নৈশাংনা খুৎলাম তোয়রিবী মস্নুগীসে,
মতমগী মৃৎনাইদ্রবা লৈয়িনা
মশা শীন্না চিংশিনবিরবী
পুন্সিগী খোঙথাং মশীং য়াম্লজ্রবী
মাগী মমীত্তুদি
তবামবীনিগী থাজনি ।

ইনথংলকপগী মণ্ডাও থীরবা কোরৌহনবনা
অহিংবা সনাগী অবের তৈশীনবিরবী
মশু নুপীগী মায়খোঙদা
অমুবা লিলহাশিংনা
ওন্না খোইনা শান্নজবা উরগা
মহাক্না নীংশীংই
অহৌংগী তখেল্লৈ নাচোম ।

ফাদোক অমগী শৈরেং/৭৭

কংলবা উশাংগুম্নবী মখুংতুনা
শেমজৈ নাচোম
লীক্লানা মমায় তাখিবতা ঙাযন্নিবা
তখেল্লৈ খন্দুনা।
শেম্বা লোইবগা নাচোমত্থ
য়েংজৈ কাউথ্রবা মতমগী মীৎয়েংনা
নীংশীং পাদম লাক্কুনা,
অতুগা পী মঙম্নুপীদা মোমোন নোঙ্গা,
নোক্লে মঙম্নুপীত্থদি থীজ্জফাও
তিংদমক তিংথোকই মখুংতু।
তগৎ তগৎ তেক্রম্বা নাচোম
তনৌ তনৌবী খুৎতা হেক য়ৌবগা
খুইথখি খুইথবা হোনমখৈ
অমুক তেকখৎলরোইদবা মঙংদা।

৬ জুলাই, ১৯৯৩

## অপুনবগী শক্তম

লৈ হায়বা তাত্থনা চৎলুবনি লমদমত্থদা।
লৈহৌই
নোং ফুং ঙানবদগী ত্থমীৎপু পোত্থনা
নত্রগা লরাইদা থাঙ্গৎত্থনা
লৈখোম লৈনাংলক্তা লমজেল চেল্লরগা
ত্থমিদাংদা ওক নত্রগা হুই ওন্দুনা
থাবলগী শেগায়ববা কৈজুপন্নংদা
না'চুংদনা ত্থম্বা মখোয় কয়া।
লৈহৌই
অঙানবদা অশংবা উনা পুবা থুম্ন শারগা
অমম্বদা মকু শুল্লবা কয়া
শেংত্থনা চাহৌই গরুরনা লিন চাবগুম
মখোয়না থৌজিনবীত্থনা চীকখায়নবদগী
অশি পুঙদা য়াহিপ্লবা কয়াগী শদোং।
লৈহৌই

উরক ব্বারক্তা লৈজরবা মপা মপুগী লাইশিংবু
হল্লা নীংবগী মিংদা থাংদোক্লগা
লাইবৌলা মথক্তা ব্লাস লিংখৎপা ঙম্বা
হৈথোই শিংথোইবা কয়া
শকহৌই, অঙৌবা অঙৌবা বট্টুরি কুমবুম তোংবরা।
লৈহৌই
প্লাসতিক্তা হানবা নম্বর ফোরংম
নত্রগা গারিগী তিপতা হানবা গঙ্গাংম
মরৈবাক মরমদম্বু মুংশিনা নীংজবা কয়া
কৃপশীন্নবা হোৎনহৌই কোম্নংগী রাজগাদিবু
মশা মশাগী হাকথং ফিনা।
লৈহৌই
সনামহি, কৃষ্ণ, যীশু, অল্লাহ
মুঙগী মুর্ত্তি ওইনা
চীংমায়দা তমপাক্তা পৈখৎলকপা
শক্কগী ব্লাকৎ তানবা।
ত.পূনবা শক্তমক্তুন্দা
শোল্লবী মুপী অমগী মীৎলুগী শিয়োমমুংদা
মিতমক্তুনা লৈহৌবা পিগী নবাতুতংদি
নাইতোম তানা লৈহৌই।

২ নবেম্বর, ১৯৯৩

# অমম্বা মরক্তা

অঙানবনা ময়ুমদা হেক চংখিবগা
খুনতাক লানশিন্নবা
সহর অমদি খুঙ্গংগী লম্বীশিংদা
খোংকোপ কমজাও হুন্না চংলী
অমম্বা মপৈ মপৈনা।
অমম্বগী মীংচানবা কীজবদগী
মনীং চেক্তেং উইশিল্লবা য়ুমশিংগী মন্নুংদা
অহিঙ অমত্তত্তু নৈতানা
তুমখুল তাঙ্গবা ঙমদ্রবা
মাশিংগী লাংতক্করবা মনাকোংশিংনা
মপান্দা মীশেল থাঙহন্না ঙাইরি
মাহকৈ কদোমদগী লারুপা।
কাপ্পবা নত্রগা পোকথায়বগী মখোল
হিংলিবা মীশিং অসিনা
অশিবগা থক শকখঙনক্কবা পামদে

. . ফাদোক অমগী, শৈরেং/৮১

অহুব্

মখোয়গী থবায়শিংহুদি
খংলাক খংজিনগী নোংমৈ চীন্দোন্দা
নত্রগা বোমগী মচী অমদা
য়াম্থহ্না নত্রগা নপতুনা লে।
মখোয় খঙই
শিবু শিন্নবদি লান্দবা লৈতে।
মরমদি নোংমৈ, মক্ক নত্রগা বোম মচেংনা
লাক্কদবা মপাদা লৈরুবতুমক মখোয়গী মরালনি।
অহুনা অমম্বা মপৈ মপৈনা
পুন্সি কয়াগী মথক্তা চোংথংতুনা শান্নবদা
যোংনা পি তাবা ওম্বা মীংকী মশীং
নোংমা নোংমগী হম্মকই।
অহুমকপু নিংথম কালেন কয়ানা মথক্তা লানগ্রবা
নোংখাঙ চারবা উয়ুংশিং অসিতনদি
মথুং চেংনা শন্নহ্না
শম্বল ওইনা লেপ্পী
সহর অমদি খুঙ্গংগী লমজঙশিংদা
অমম্বা মপৈগী খোঙদাকম্ থংলহ্না।

১৪ মার্চ, ১৯৯৪

# অনৌবা রারী অমগীদমক

পীজমন্দবদগী শীগঙনরবা,
অমোং অকায় হৈজিনবিমনবদগী
লাযথুং পক্লবা,
শকথঙদবা শক্ল পোল্লাং কয়াগী রারী
তারুরগা খোয়দানা
পাঙলিবা মীং অনীদা
নীংবা কায়বগী শিংকুপ শারবা
লীক্লি মচেংশিংনা
খুবাম খুবাম চাইসিনজরগা
থাবুম তরা নাউপুত্লনা পোকপিরিবী ইমাবু
লায়খুং পকপীতা ওইনা উবগী মতমদু
হৌগ্রে ঙসিদি।
কৈতুমশঙ থম্বা লমদমশিংগী
চাউর-চাউরবা কৈতুমশঙশিংনা
মমল নাইদ্রবা নীংতম্বা কয়াবু

ফাদোক অমগী শৈরেং/৮৩

বন্দি ওইনা খোঙনেৎনবা উক্নরগা
মিপাইজবনা
খোঙ খোঙনাও পুম্বা
চেজেং লোনশীনজরবা কান্নুংদা
খোঙ খুৎ অমদি ওক্তা
কল্লবা খৌরী কোঙ্গোই হুকচিনজত্নুনা
কৈশুমশঙগী চৈনা খাঙজরগা
মচাশিংবু মুংশিনা নাউকোনজরিবী
ইমাগী মপাম্বোম অনীবু
য়োংহ্লিং-ফলাং ওইনতা উবগী
মতমজুন্ হৌখ্রে।
থাংলক্লবনি খোঙসি হৌসিদি
কুচু পাল্লবা অয়ুক্না তমলকপা
মঙালগী খুন্দোলসে পুবত্নুনা
অহাঙবা নোংমদোল
লমনাইদ্রবা মালং
ঙমনা শকথানরগা
কজবা নীংথিবনা থল্লবা
ইমাগী ৱারী ইনবা।

২৮ মার্চ, ১৯৯৪

---